"....মণিপুরগী মীয়াম্বু সুরগী ঈপাত্তনা তাউহল্লম্বা শৈশকপা/শৈশকপী কয়াগী পুন্সি অমদি মখোয়না খূদোল তম্লম্বা ঈশৈ কয়াবু খোমজীন্দুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপা হায়বসি তুংগী মীরোলগীদমক চাউরবা দান অমনি। হিরম অসিদা থিজিন-হুমজীম্মীংবা কয়াগীদমক কান্নরবা লাইরিক অমা শোয়দনা ওইরগনী।"





# [illegible]

# ঈশৈগী তাইবঙদা

আর. কে. সনাহনবী (লীকাখোম্বী) চনু




পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মনিপুর
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল

# ESHEIGI TAIBANGDA

(A collection of short biography of seventeen singers)

BY :

R. K. SANAHANBI (LIKKHOMBI) CHANU



PUBLISHED BY :-

**Rakesh Naorem**

on behalf of Patriotice Writers' Forum,
(PAWF), Manipur



অহানবা ফোঙবা : জুন ১২, ২০১১

কাপি মশিং : ৬০০

মমল : লুপা ১০০/-

মখুমগী ডিজাইন : ও সি মৈরা

ফংফম থোকপা : অইবী

লাইরিক ফংফম : অইবী মশাগী য়ুম, লুৱাংশংবম
পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, মনিপুর

নম্ফম : মনিপুর প্রেস, ইম্ফাল।

ঈশৈবু থম্মোয় শেংনা
নুংশিবীবাশিংগী মফমদা

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

চহী ৪ মপুং ফাজদ্রিবা পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরমনা লেপ্তুনা লাইরিক নৈনবা, লাইরিক ফোঙবা ১দি লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) গা মরী লৈনবা থৌরম কয়া পাঙথোক্তুনা লাক্লি। নৈনবা ১দি থিজিন্বা হায়বসিনা ফোরমগী মেম্বরশিংনা তৌফদ্রবা থবক অমনি খন্না ঙসিফাওবদা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা চত্তুনা, থিজিন্দুনা খঙনবা হোৎনরি। থিজিন্দুনা খঙলকপা খরা অদু মীয়ামদা পাউদমবা হায়বসিনা মেম্বরশিংগী ৱাখল্লোনগী মখা পোল্লে।

ফোরম্না ঙসি ফাওবদা ৱারীমচা, শৈরেং, বাইওগ্রাফি, ৱারেং, দ্রামা, ঈশৈ, শৈরেং, ১দি হিষ্ট্রিদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া ফোঙখ্রে। আর. কে. সনাহনবীনা ইবা "ঈশৈগী তাইবঙদা" হায়না মিংথোম্বা মনিপুরগী শরুাইরবা শৈশকপা / শৈশকপী ১৭কী অতেম্বা পুন্সি ৱারীগী লাইরিক অসিবু ফোরমগী পব্লিকেসন ওইনা পুথোকপীরকপা অসিমক নুংঙাইবা ফাওজে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈশকপা / শৈশকপীশিং অসিগী হোৎনজমন্না ঙসিগী মনিপুরি মতম ঈশৈ ১দি ফিল্ম ঈশৈনা শারেপ ফারক্লিবা। লাইওইখ্রবা ১দি হিংলিবা শৈশকপা / শৈশকপীশিং অসিনা লৌরম্বা থৌদাং, মখোয়গী ৱারী শীংবুল অমা আর. কে. সনাহনবীনা থম্নবা হোৎনরকপা হায়বসি য়াম্না মরম চায় খঞ্জে। লাইরিক অসিনা ঙসিগী ১দি তুংগী মীরোলগীদমক্তদি অচৌবা লন অমা ওইহৌরগনি।

থৱায়গা হকচাঙগা মীকুপ অমা ফাওবা লাপ্নদবগুম ঈশৈগা পুন্সিগসু লাপথোক্লবা খক ঙম্নদে। মদুনা হায়নৈ অফাওবা মীওইশিংনা "পুন্সিদা ফাখিবা ঈশৈ ঙংদ্রবা মীদুদি অশিবা মীগা পাঞ্খক্লি"। লাইরিকসিনা হৌখ্রবা কাউঙমদ্রবা ঈশৈগী শুর কয়া নৌহৌননা নীংশিংহল্লগনি। শৈশকপা/শৈশকপীশিংগী মরমদা থিজিল্লিবা থিজিল্লোইশিংদা অচৌবা কান্নবা ১দি লাইরিকসিনা শোয়দনা পীরগনি।

ফোরমগী ১৬ শুবা ওইনা ফোঙদোকচরিবা লাইরিক অসি ঙসিদগী মীয়ামদা থম্মোয়শেংনা শিন্নজরি।

রাকেশ নাউরেম
*জেনরেল সেক্রেটরি*
পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, মনিপুর।

চৈচৎ ০১।০৬।২০১১

# পূক্নিং ৱারোল

আর. কে. সনাহনবীনা ইবা "ঈশৈগী তাইবঙদা" হায়রিবা লাইরিক অসি ফোঙলমদাইদা পাবগী খুদোংচাবা অমা ফংখি। লাইরিক অসিদা মনিপুরগী ঈশৈগী লমদা মমিং লৈরবা কালাকারশিংগী অতেনবা পুন্সিগী শক্তম কয়া মরিক চুম্না পাউদমলি। মৈতান্না ৱাখৈদুনা মালেমগী লৈশাদা তিন্দ্রিমখৈদি পুন্সিগী শক্তমগী অরোইবা ঙমখৈ মসিনা লোইরে হায়বা ঙমদে। তোঙান- তোঙানবা মহাওনি, তোঙান- তোঙানবা শক্তমনি। অশুক য়ামখ্রবা পৃথিবীগী মীয়াম অসিগী মশক অমত্তা মান্নদে। অঙকপা শকউদবা অমগী খুৎশেমনি। পিকখ্রবা খোঙনাং- মরুদা চাওখ্রবা পাম্বী লোত্তুনা লৈবা কনানা খঙবা ঙম্লুনি।

লাইরিক অসিদা নুপী কালাকার তরুক, নুপা তরামাথোই পুন্না কালাকার তরাতরেৎগী তোঙান- তোঙাম্বা পুন্সিগী শক্তম য়েক্লি। কালাকারশিং অসিগী মনুংদা ধ্রুবতরাগুম মঙাল নাইবা, শুরগী নিংথৌরেল হায়না শকখঙনরিবা সঙ্গিত রত্ন নোংমাইথেম পহারী অমদি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখিবা থম্মোয় খুদিং খোম্থাং য়ৈহৌরিবা মাগী শুরবু ঙসি ফাওবা নিংশিংদুনা লৈরিবা অহৈবম শ্যামদি লৈখিদ্রে। লেমহৌরিবা কালাকারশিং অসিদি অইবীনা হকথেংননা উন্নরুরগা ইরকপা থম্মোয়গী পাউদমনি।

অহিংবা মীগী পুন্সি ইবা অরাইবা নত্তে। পুন্সিগী কাচিন খুদিংমক শোক্তুনা ইরুদ্রগশু ইরিবা খরদুদি ময়েক শেংনা হায়রি। অতিয়াগী মচু, পাক্লবা ঈশিংগী ঈমায় (মহাসাগর) শংবান্নবা ওইনা উরবসু অশেংবদি শংবান্নবা মচু নত্তে। পাক চাউমনবনা শংবান্ননা উবনি। মীওইবগী শক্তমসু উরিবা শরুক অদুখক্তুনা অচুম্বা ঙাক্তা নত্তে। ঈমায় হায়দোক্তুনা ঈরোলনুংদা চংলগা অশেংবা মশক খঙবা ঙমগদৌরিবনি। সনাহনবীশু য়ারিবমখৈ পুন্সিগী মচরিৎশিং অদু উনরুবা থেংনরুবা কয়াশিং অদুগী মরিক চুম্বা পাউদম অপাবদা ফাওহনবা ঙম্লিবসি অইবীগী মায়পাকপনি। লাইরিক অসিদা চহীগী মতুংইন্না অহান অকোন নাইনা ইরি। ইনখৎলক্লিবা নহারোল কলাকারশিং য়াওদনা ইরিবশিং অসি অয়াম্বনা চহী হুম্ফুগী মথক্লা অয়াম্বনি। ওল ইজ গোল্ড হায়বগী পান্দমদা চহী অহল ওইরবা ঈশৈগী লমদা মমিং লৈরবা কলাকারশিং লৌখত্তুনা ইরক্লিবশি পুক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি। ডুম্পু কিলোং অমশুং থংথিমহোই কোমগী মচানুপী য়াংনু গোলমৈগী ৱারীশু য়াওদুনা চীং- তমগী অপুনবা মশক অমশু

শাগৎলি।

হৌখিবশিংগী ৱারীদু ঙসিগী ইতিহাসনি। হৌজিক ওইরিবসি হৌখিবশিং অদুগী ফলনি। হৌজিক অসিনা তুংগী ওইগদবশি অদুগী মরুনি। মসি খঙনা অইবীনা মতম চংনা কলাকারশিংগী পুন্সিগী কাচিন আ মনুং হুঞ্জিন্না চংশিল্লুদ্রগশু ঈশৈগী তাইবংদদি মখোয়গী পুন্সিরোল, মখোয়না পামজবা তৌহন্নীংবা কয়া ফোঙদোক্তুনা অপাবশিংদা খঙহল্লিবশি মমল য়াম্মী। অশিবনা খুজোক খুজোক, অহিংবনা খুজিল মমাই মমাই চৎপা পুন্সি খোঙচৎশিদা ঈশৈগী তাইবঙদা নত্তনা অতৈ হীরম কয়াদা শক্লাইরবশিংগী পুন্সিসু পাইখৎলক্লবা মীয়েং থমজে।

লোইশিল্লকপদা পুন্সি ৱারীগী মচল অসি মনিপুরদা য়াম্না তাংলি। খুৎ থেক্তুনা পারি। মাইকৈ অসোমদা সনাহনবীগী মীং চিংখবা য়াররোই। অইবীগী অতেনবা পুন্সিগী শকতাক ৱারীশিং অসি পারুরগা মমাংঙৈদা ওইরম্বা নুপীশিংগী ৱাখল্লোন অদু ঙসিগী মীরোলদা কয়াম হোংলবগে হায়বদু নুপী কলাকারশিং অসিগী চিনবালদগী থোক্লকপা ৱাহৈশিং অদু পাবিরগা খঙগনি।

**ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী**

*ভাইস প্রসিডেন্ট, শৈকাপ।*

# থম্মোয়নুংদগী

ঈশৈদা ঙাওজবী ঐগী থম্মোয়নুংদা ইরমদমগী অহল ওইরবা শৈশকপা-শৈশকপীশিংগী ঈশৈগী পুন্সিগী মরমদা করিগুম্বা খরদি ইজগে খঞ্জরকপদি কুইরে। নোংমা ইথা থাজদনা পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরমগী ফাউন্দর সেক্রেটরী ও সি মৈরা ১দি রাকেশ নাউরেম অনীনা হায়রকখি-ইচেম্মা আর্টতা অমদি ইনাত্তা যুম্ফম ওইবা থাগী চেফোঙ অমা পুথোকমিন্নসি, অঙম অঙম্বা থৌদাং য়ামিন্নসি। হোয় হায়দুনা হেক্তা য়াথোকখি। শৈশকপা-শৈশকপীশিং ইন্টরভিউ লৌরগা চেফোঙদা আর্টিকল ওইনা হাপ্লবা থৌদাং ঐঙোন্দা শীন্নবীরকখি। ঐনা পামজবদুমক থোকখি। হৈবোই হৈতবোই য়াম্না কিজনা, পাখৎনা, ইকায়না অমদি থৱায় য়াওনা ইন্টরভিউ লৌজরগা থা থাগী ওইনা "ইপাক" চেফোঙদা মথং মথং ঈশৈগী তাইবঙদা মিংথোন্দুনা ঐগী পেন নেম লীকখোম্বী শিজিন্নদুনা হাপ্পা হৌজরকখি। খরা লৈরগা অমুক লাইরিক ওইনা পুন্না থম্লিংলকখি। চিনবান ৱাংমা লান্দ্রিবা ঐগী পূক্লিংগী ৱাবু মৈরা অমদি রাকেশ নাউরেম অনীনা খঙবগুম লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লসি হায়রকখি। শৈশকপা /শৈশকপীশিংদা লাইরিক ওইনা থম্লিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লবদা হরাও হরাও তৌবীরকখি। থবক তৌবদা তহ্ তহাবা, হেক নিংলকপগা থবক ওন্থোকপসি ঐগী ইহৌশানি। তহা তহাবগী অৱাৎপা, অহোবা খরা থেংনা থেংননা ঙসিদি লাইরিক ওইনা পুথোকচরে।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা হিংদুনা লৈবিরিবা শৈশক্লোয়শিংগী ওইনদি যুমদা চত্তুনা মশা মশাগা তোয়না উন্নরুবদা তাকপিরকপা ৱারোল পীবিরকপা অমদি য়েংহনবিরপা ডোকুমেন্টশিংদা যুম্ফম ওইরগা ইজখিবনি। লাইরম্লেন্দা তিনখ্রবশিংগী ইজবদা ইশাদা হেন্না কিজবা পোকখি। ইমুং মনুংগা উন্নজরুবদদি তরাম তরাম তৌবীরকখি, পীবা য়াবা লমজিং পীবিরকখি। ওজা নোংমাইথেম পহারীগী মতাংদা ইজবদা ইমুং মনুংনা পীবিরকপা অমদি য়েংহনবীরকপা ডোকুমেন্টশিং, মশানা ইবীরম্বা

লাইরিক "ঐগী দায়রিদগী" সনথোং চেফোঙ (২০০৬ ওক্টোবর -২০০৭ এপ্রিল) মনিপুরী সিনেমা (১৯৭২-১৯৯৭) সোভেনর য়েংজখি। শৈশকপগা লুনা চান্নবা তিন্নবীরম্বা ঈশৈ কয়া শেম্মিন্নখিবা ইকায়খুম্নজরবা লিরিসিষ্ট জয়ন্তকুমার শর্ম্মা অমশুং শৈশকপী চোংথাম কমলাগা উন্নজখি। শুরগী নিংথৌরেল পহারী থোনখিবগী লংলা লংজিন থিগৎচবদা ইকায় খুম্নজরবা দিলিপ ময়েংবম অমশুং শৈশকপী লাইশ্রম মেমানা তাকপিরকখি। ওজা অহৈবম শ্যামগী মতাংদা ইজবদা ইমুং মনুংনা পীবিরকপা ১দি য়েংহনবীরকপা ডোকুমেন্টশিং, ঈশৈগী দায়রিশিং অমদি শ্যাম মশামক্কী দাইলোক য়াওবা ওডিও ঈশৈ কেসেট "শুমাং খুদিং মেরা ব্রা" হায়না মিংথোনবা অদুদা য়ুম্ফম ওইজখিবনি। ওজা অহৈবম বুধচন্দ্রগী মরমদা ইজরকপা মতমদা পূক্লিং য়াম্না নুংশিখি মরমদি হিংদুনা লৈবিরবশু ঙাংবগী পাঙ্গল খরা ব্রাৎখিবা মরম্না ওজাদগী খঙজনিংবা ব্রারোল, লৌজনিংবা পাউতাক লৌবা ফংজখিদে। ব্রাহং খরগী অতেনবা পাউখুম ব্রানা পীবিরকপদুনা পেন্থোকপা তাখি। মচানুপা অহল তর্পন অমশুং য়াইমা কিরননা তাকপিরকপগী মতুংইন্না ওজা বুধগী অচানবা ছাত্র খুন জয়কুমারগা উন্নজখি। ওজানা ব্রারোল খরা তাকপিরকখিবগা লোয়ননা রুপ-রাগনা ইং কুমজা ২০০৬ তা পুথোকখিবা "অহৈবম বুধচন্দ্রগী নুমিৎ" হায়না মিংথোনবা অখন্নবা ইশু অদু পীবীরকখি। "দ কলচরেল ফোরম মনিপুরগী ৫২শুবা চহিগী মীফম ২০১০ দা এব্রার্ড য়েন্থোকপগী ব্রারোল ওজা একাশিনিদগী লৌজখি। পঞ্জরিবা ময়ামসিনা ওজাগী অতেনবা পুন্সি শক্তম য়েকপদা য়ুম্ফম ওইজখি। চেফোঙ ওইনা ফোঙদ্রিঙৈ, লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈদা মশা মশা অমদি ইমুং মনুং (লৈখিদ্রবশিংগী ওইনা) গা অরান অহুই য়েংমিন্নখি। ডোকুমেন্টশিংগা চান্নব্রা চেক তৌমিন্নখি। হাপ্লিবা ফোটো অয়াম্বা ফেমিলি ফোটো ফাইলদগী পীবিরকপনি। মথং মনাওদি চহীগী মতুংইন্না অরী অরীবনা মাঙথংনা থমজরে। ওজা খুন জয়কুমারগীদি ঐনা "ইপাক" চেফোঙদা হাপচখিদ্রি।

লাইরিক অসিগী মখুমগী মওং পুথোকপিরিবা ও সি মৈরা, অথুবা মতমদা লাইরিকশি পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা মনিপুর প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ওজা কুমার মঙাং লোয়ননা প্রেসকী ইচিন ইনাও থৌমী পূম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী চাউরবা লমন তোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসি ফোঙবগী অয়াবা পীবিরিবা পেত্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, মনিপুর, "ইপাক" চেফোঙগী চিফ ইডিটর য়াওনা মরী লৈনবা পূম্নমক, লাইরিক ফোঙবগী থৌদাং লৌবীরিবা রাকেশ নাওরেমগী মফমদসু শিংঙন্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে। অতেনবা পুন্সিগী শক্তমশিং অসি ইজবদা হরাও তয়াম্না য়াবিরকপা শৈশক্লোয়শিং, লৈখিদ্রবশিংগী ইমুং মনুং, লমজিং লমতাকপিরকপা পূক্লিং থৌগৎপিরকপা পূম্নমকপুশু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লোইশিল্লকপদা হায়জনিংবদি লাইরিকসিদা থমজরিবা তেল্লবা ব্লারোল খরসিনদি শৈশক্লোয়শিংগী মপুং ফাবা পুন্সি শক্তম ফোঙদোকপদি ওইথোক্লোই। পাংবোই পাংদবোই তৌবা মীৎসিনা উজবা ফংবা খরতনি তৌজরিবা থৌগলসে। অরান অহুই অব্রাৎ-অপা তাকপিরকপদা হরাওনা, নোল্লুক্রা লৌজগনি। অদুগা ইজরিবা শৈশক্লোয খরাসিতনা ইরমদমগী ঈশৈগী তাইবঙদা লোইবা নত্তে। লাইরমলেন্দা তিনখ্রবা, অহল ওইরবা-ওইরবী, মীয়ায় চল্লবা-চল্লবী শৈশক্লোয় কয়া'মা লৈহৌরি, নহা ওইরিবা কয়া কয়ানি, লোই নাইদনা কয়াশু থোরকখিনি। মথং মথং থৌগল তৌজদুনা পংখৈ নাইদ্রবা লোইনাইদ্রবা ঈশৈগী ঈপাক্তা, শুরগী ঈপোমদা, ময়েক্কী তান্থাদা পুন্সি চুপ্পা ঙাওজগে খঞ্জরি, ঙাওহনবীয়ু।

আর. কে. সনাহনবী (লীকথোম্বী) চনু

# য়াওফম তাকপা

# খোল্লাং লমন শিংঙম্রেই নঙগী

*--নোংমাইথেম পহারী*



ঈশৈগিনি হায়রবদি হেক্তা হরাওজবা, অঙাং অমনা হায়রবসু হেক্তা য়াবা, ঈশৈদা কখোকচবা, নহা অহল খাক্তনা মীয়াম্মা য়াম্মা পাম্নখিবা সুরগী নিংথৌরেল নোংমাইথেম পহারীনি। ইং কুমজা ২০০৬ কী ওক্তোবরগী তাং ১৮ য়ুমশকৈশ নুমিত্তা অশীবা কৌবা চৈখল অমনা পল ওইদুনা অনৌবা ঈশৈগী খূদোল লেপহনখ্রবসু মীপূম খূদিংমক্কী থম্মোয়নুংদদি লৈহৌরি মাগী খোয়থুম্মরবা শৈহেক্কী নীংথিবা ঈথক ইপোম। চীংয়া তময়া, লোইবী লোয়া, মফম খূদিং নিলহৌরিবা, নাপ খূদিং খোন্থাং য়ৈহৌরিবা, মহাক্কী নুংশিরবা ঈশৈগী খূদোল কয়াদি লৈহৌরগনি মতম চুপ্পদা তাবুনুংগী লন ওইদুনা। শিংলম্নবনি খোল্লাং লমন পোক্লফম ইমাগীদমক মহাক্তি। মপোক মহৈ য়ানখ্রবনি।

নোংমাইথেম কোল্লুপ (লাকপম কোল্লুপ) হায়নসু খঙনরিবা য়াইস্কুল মোইরাংখোম চিংঙাখম লৈরক্তা নোংমাইথেম থানিন অমসুং কাঙবম নিঙোল নোংমাইথেম ওংবী তোম্বীগী তাঙনা ফংজবা মপারী ওইনা পহারী ইং কুমজা ১৯৩৪ গী আগষ্ট ২৮ লৈবাকপোকপা নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। জন্মকুঠিগী মিংদি চিত্তরঞ্জন কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা নিংঙাই শাথিনা তৌগনবদগী লক্কবা ওইনা পহারী থোনখিবনি হায়। ঈশৈগিনি হায়রবদি ঙমদে, য়াদে হায়দবা, শাউগন্দবা, ইচম চম্বা মতৌদুদা য়াম্মঃ নক্না লোয়নবা মমান্নবশিংনা মাবু ভোলা হায়নসু কৌনৈ। কলচরেল ট্রেনিং ইন্সটিট্যুটনা শীন্দুনা ১৯৭৮ দা জি এম হোলদা পাঙথোকখিবা ফার্ষ্ট ওল মণিপুর লাইট ম্যুজিক কনফরেন্সতা কিং ওফ মেলোদি (সুরগী নিংথৌরেল) মিংথোনখি।

মশাগী চহী ২ শুফাংত্রিঙৈদা অপোকপী মমা কাননখিবনা মপামদা হল্লকুনা লৈবী মনে ইবেম্মা মনিসনানা মমা নক্না নাওথোক নাউংফানবীরকখি। মনেইবেম্মনা নমুদা পোদুনা নাউথেম্নীরকপা ঈশৈ *অ পেব নমা কদায় চংখি, লমাংদোং কৈথেল কাখি...* হায়না শৈহৌবা ঈশৈগী সুরবু পহারীনা পুক্নিচৃম্না কাউওমখিদে। ১৯৭৪ দা মশানা ম্যুজিক দাইরেক্তব ওইখিবা মণিপুরী ফিল্ম "ঙকইকো নঙসে" দা অরাম্বয যমুনানা শকখিবা *পারী চীংসুংগী হবি থোংলক্কে ভাউ* হায়বা ঈশৈগী সুর অসি মনেবেম্মগী নাউওগা ঈশৈসিদা যুম্ফম ওইরগা শৈবানবনি হায়।

কলা সংস্কৃতি, জগোয়-ঈশৈদা লূপচবা অপোকপা অমসুং সংকীর্ত্তন, মনোহরশাইগী শৈশকপী অপোকপীগী মতীক নযাই য়াওনা পোক্লকবা পহারীনি। মশাগী চহী ৮বেৎ শুত্রিঙৈদা হিন্দি ফিল্ম 'জবাব' কী *সো জা রাজকুমারী* হায়বা ঈশৈদু ফজনা শকখি। ১৯৫৫ দা দি এম কলেজদা পাঙথোকখিবা ঈশৈগী চাংয়েংনবদা হিন্দি ফিল্ম "চৈতন্য মহাপ্রভু" গী *হরি হরি বোল বোল মুকুন্দা মাধব* শকপদা অহানবা মনা ফংখি, পুক্লিং যৌগৎনরকখি। ১৯৫৭ দা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগা থেংনখি, তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুলগী ঈশৈগী ওজা নিংথৌজম অমুবদা পূন্না ঈশৈ তম্মিন্নখি। মতুংদসু মবানি ঈশৈগী পুক্সিদা মমিগা মশাগা লোয়নবগুম লোয়নখি, ঈশৈ শেম্মীন্নখি। দি এম কলেজগী মরুপশিং অরাম্বম সমরেন্দ্র, খুরাইজম ফুলেন্দ্র, রবিন্দ্র, শ্যাম শর্ম্মা, একেন্দ্রগা লোইনখি। কলেজগী য়ুথ ফেষ্টিভেল কয়া য়াওমিন্নখি। এমেচর আর্টিষ্ট এসোসিএসন শেম্মীন্নখি। ১৯৫৬-৫৯ ফাওবসিদা ত্রিনাথ,



হিন্দী ফিল্ম অমসুং বাংলা ঈশৈ শক্কুনা সুরগী ঈপোমদা লুপ্পা হৌরকখি। ইহান হানবা ওইনা *নীংঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়না নুজাবু করম্না কাউরসিগে* হায়না শৈহৌবা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ময়েক মশানা সুর পান্দুনা শকখি।

ইং কুমজা ১৯৫৯ গী নভেম্বরদা দি এম কলেজগী টিম অমা মহিশুরদা পাঙথোকপা ইন্টর য়ুনিভর্সিটি য়ুথ ফেষ্টিভেলদা গৌহাতি য়ুনিভর্সিটিগী ওইনা পহাবীসু শরুক য়াখি। ট্রেনগী খোঙচৎতা মানা শকপা হিন্দী ফিল্মগী ঈশৈশিংনা পুন্নমকপু শুক্ষৎখি। ফেষ্টিভেল লোইরগা পহারীদি হিন্দী ফিল্মগী শৈশকপা ওইনিংবদগী বোম্বে চৎখি। বোম্বে য়ৌরগা মাগা হান্নসু খঙনবা মীতৈ মচা ঙংবাইজম বাবুনা শীনবীদুনা বোম্বে হিন্দী ফিল্ম ইন্দষ্ট্রিগী দাইরেক্তর সচিন দেব বর্মনগা উন্নহনখি অমসুং অপাম্বদু ফোঙদোকখি। মদুগী চাংযেংদো খোঙজেল ফরবসু সুব অমদি হিন্দীগী খোম্লোক্তা অৱাংপা লৈবদগী মায পাক্লখিদে। পহারীনা লক্ষ্ণৌদা চত্তুনা ঈশৈ তম্লগে চপ য়ুংনা লেপতুনা মমান্নবা অথাঙবম সমরেন্দ্রদা লুপা ১২০ থাবীরক্কবা চিঠি ইবদা থাবীবক্কুনা লক্ষ্ণৌ য়ৌখি। ১৯৬০ দগী ভাটখান্দে সঙ্গীত বিদ্যাপীথতা ঈশৈ তম্বা হৌখি। ইং কুমজা ১৯৬৩-৬৪ দা সঙ্গীত বিশারদ পাস তৌখি। ঈশৈ তম্লিঙৈ মনুংদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টতগী থা/থাগী ওইনা লুপা ৬০/৬০ স্কোলারশিপ ফংখি।

ওল ইন্দিয়া রেডিও গৌহাতি অমসুং ইম্ফালদা অঙনবা মতমদগী মতম ঈশৈ লাম্লোকপা হৌরকখিবদা পহারীসু য়াওরকখি। ১৯৬৪ আগষ্ট ১৫ দা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী নেস্নেল প্রোগ্রামদা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মানা শৈবেংবা *ঈবৈবাক্কী লৈরাং ইমাগী খুযাদা কেল্লো* পহারীগী নাইতোম খোঞ্জেলদা অদুগা অশেম বিমলাগা শকমিন্নখিবা *ভারত শীনথুংনা লাউবক্লে*

*অপুনবা খোল্লাউ* অহানবা মণিপুরী ঈশৈ ওইনা শন্দোকখি। অরাম্বম সমরেন্দ্রগী ময়েক্তা *চীরোল হৈবী লৌনম্বী* বি জয়ন্তকুমারগী ময়েক্তা *লৈমন চল্লবী লৈরাংগী অব্রাবা* (১৯৬৪), *পোনগী চেক্লা তথক তথক য়েংগনু* (১৯৬০), *লৌরাঙ শুবা য়াম্বখোয়* (১৯৬৫), *খোল্লাং লমন শিংঙম্লোই নঙগী* (১৯৬৫), *নীংশিংলি মেরাগী থাবলদো* (১৯৬৪), *নুজা কনাগী চেংলৌনো* (১৯৬৬), *নঙগী মায়খোং উরুবদা* (১৯৬৫), *নপাম লমদম থাদোক্লুনা* (১৯৬৫), *কু ক্রু কু কু ক্রু কু খোংলি লমখুনু* (১৯৬৮)... নচিংবা মাগী দিস্ক রেকোর্দনা মীয়ামগী থম্মোয় হুখি।

ইং কুমজা ১৯৬৮ গী ওক্তোবর ১০ দা অরাম্বম নিঙোল ইন্দিরাগা পুন্সি খোঙলোয় ওইদুনা ফংজবা মচানুপা অহল পাসানা থা ৬ ফারকপদা মণিপুরগী নীংতম লালহৌগা মরী লৈননা ইং কুমজা ১৯৬৯ গী নভেম্বর ২১ দা পহারীবু ফাখি। ইম্ফাল অমসুং অগরতলা জেলদা চহী ৩ লোম লৈরুবগা ইং কুমজা ১৯৭২ মেদা যূমদা থোরকখি। জেলদগী থোরক্লগা অহানবা পহারী নাইট ইং কুমজা ১৯৭২ দা জি এম হোলদা পাঙথোকখি। সরত অরাম্বগী ময়েক্তা *ঐদি ঈশৈ শক্লরোই খল্লুই য়াদে* শক্লকপদা অতাবা, অয়েংবশিং পিরাং পিরোইনখি। ১৯৭৪ দা য়ু পি এস সিনা লৌবা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী প্রোগ্রাম ইকজিক্যুটিভ ১৭৫ লৌবগী দিল্লীদা পাঙথোকপা ইন্টর্ভিয়ুদা মায় পাক্লুনা পহারীসু ইং কুমজা ১৯৭৫ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী প্রোগ্রাম ইকজিক্যুটিভ ওইনা থৌ পুরকখি। খুমন্থেম প্রকাশকী ময়েক্তা *লিরবা লৈকোলগী খুইরবা লৈরাং*, থাংজম কোরাগী ময়েক্তা *মোমোন নোক্লুনা ফিঙৌ শেংপী থাজনা*, কেসি নন্দগী ময়েক্তা *উবীদ্রবা ফজবা ফজরুবগী করি কান্নে....* অসিনচিংবা ঈশৈগী খূদোল কয়া লেপ্তুনা তৌরকখি।

মোইরাংখোম স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌরকপা পহারীনা সি সি হায়স্কুলদগী ১৯৫৪ দা মেত্রিক পাস তৌদুনা দি এম কলেজদগী ১৯৫৬ তা ইন্টরমেদিয়েৎ পাস তৌখি। শেল থুমগী খুদোংচাদবা, ঈশৈদা মায় ওনশিল্লুবা, জেলদা লৈরুবা কয়াসিনা মরম ওইরগা ১৯৭৭ তা মোইরাং কলেজদগী বি এ পাস তৌখি।

ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী এ গ্রেদ শৈশকপা ওইখিবা পহারী ওল ইন্দিয়া রেডিও, কলকত্তা অমসুং গৌহাতিগী এসিষ্টেন্ট দাইরেক্তর, ওল ইন্দিয়া রেডিও, সিক্কিম, কোহিমা, ইম্ফালগী ষ্টেসন দাইরেক্তর অমসুং দুরদর্শন



ইমুং মনুংগা লোয়ননা পহারী।

কেন্দ্র ইম্ফালগী ষ্টেসন দাইরেক্তর ওইনা ইনফোর্মেসন অমসুং ব্রোদকাষ্টিং সার্ভিসতা ১৯৭৫ - ৯৫ ফাওবা মথং মথং থৌ পুরম্মী। এ আই আর, ইম্ফালনা ১৯৬৭ ফাওবদা পুথোকখিবা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মনা ইবা ঈশৈ শক্তমশিং - "নীংশিংলি ঈশৈদো", "পুন্সি খোঙচৎ", "নোংজু ঈশৈ", "য়াউশং", "কন্যা", "সতি খোংনাং" নচিংবদসু শৈবানবা অমসুং শৈশকপা ওইনা শরুক য়াখি। বিলাসিনিগী খোঞ্জেলদা *নিনিগী চেংজেল পুদুনা লাকপনি, মোলাংখাদা লোৎতুনা থম্লিবী*, চোংথাম কমলাগী খোঞ্জেলদা *মীনদি হায়নৈ নঙবু ননিমাখন হুরানবা*, কুঞ্জবিহারীগী খোঞ্জেলদা *অমুবা লৈচিল মমহল্লো অতিয়া...* নচিংবা শৈশকপা শৈশকপী কয়াগী ঈশৈবুসু শৈবানখি।

মণিপুরী ফিল্ম ঈশৈগী ম্যুজিক দাইরেক্তর অমসুং শৈশকপা ওইনা ফিদা ফংখ্রবা পহারীনি। "ঙকইকো নঙসে" (১৯৭৪), "খোঞ্জেল" (১৯৮১), "য়াইরিপোক থম্বালনু" (১৯৮৪), "খুত্থাং লমজেল" (১৯৭৯), "সনা কৈথেল" (১৯৮৩), "সনামানবী সনারৈ" (১৯৯৫), "ঐগী পুন্সি" (১৯৯৯), "মৈচাক-মৈচাক" (১৯৯৯) নচিংবদা মাগী ঈশৈগী ফজবা, হৈশিংবা উনখ্রে।

এমেচর আর্টিষ্ট এসোসিএসন, রূপ রাগদা মপূং ওইবা থৌদাং লৌরম্মী। অপূনবা মণিপুরী মতম ঈশৈ কাংলূপকী প্রসিদেণ্ট, থ্রিটন ইন্দিজিনস পীপলস সোসাইটি অমসুং এম দি য়ুগী প্রসিদেণ্ট ওইরম্মী।

মহাক্কী ঈশৈগী পুন্সিবু শকখঙবগা লোয়ননা মনা-মথুম কয়ানা ইকায় খুম্নখ্রে। খরদং পল্লবদা - মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবা সঙ্গীত রত্ন (১৯৯৭), কলচরেল ফোরম মণিপুরনা পীবা থোইবী এৱার্দ (১৯৯৭-৯৮), মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল ১৯৭৫ অমসুং ১৯৭৮ দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তর এৱার্দ, মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেণ্ট কোর্পোরেসননা শীনবা অনীশুবা অমশুং মরিশুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেলদা "য়াইরিপোক থম্বাললু" অমসুং "ঐগী পুন্সি"দা বেষ্ট মেল প্লে বেক সিঙ্গর এৱার্দ, এম এফ দি সিনা শীনবা মরিশুবা মণিপুর ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৯৯ দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তর এৱার্দ (মৈচাক মৈচাক), ব্রাইট ফিল্ম মণিপুরদা পীবা ম্যুজিক দাইরেক্তর ওফ দি মিল্লেনিয়ম (২০০০) এৱার্দ, ই দি ভিজন ফিল্ম তাইবং এৱার্দ (১৯৯৫-২০০০), মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা পীবা ফেল্লো, কাটানা শীনবা বসন্তকুমার ৱাংখেম নীংশিং মনা, ২০০৪, অম্বিকনা পীবা লাইফ টাইম এচিভমেণ্ট এৱার্দ ২০০৮ অসিনচিংবা।

ইং কুমজা ১৯৯৬ তা পাঙথোকখিবা ১১ শুবা লোক সভা মীখলদা ইন্নর মণিপুর পার্লিয়ামেণ্টরী কন্সটিটুএন্সিদা ফেদরেল পার্টি ওফ মণিপুরগী মীরেপ ওইনা মায় পাকখিদ্রবা তুংদা ১৯৯৮ এপ্রিল ২ দগী পেরালাইটিক ষ্ট্রোক্কা পহারীবু ঈশৈ শকপা লেপহনখি। ঈশৈ শকপা ঙমদবগী নুংঙাইতবা চৈনা ৱানা খাঙলম্লগা ২০০৬ ওক্তোবর ১৮ য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নরক্লবী ইন্দিরা, নুংশিরবা মচানুপা পাসা, পারস, তোনি, নেল্লি, মচানুপী পরিনা, পরবিন, ইমুং মনুং, চান্নজবা মরূপ মপাং খ্বাই খীবিকপু থাদোক্লম্লে। নোংদমখোলনি খন্দোক্লগা পুম্নমক খাঙনহৌরি অরোয়বা খোঙচৎতুগী চৈনা চৈথেং কয়া। মহাক্কী থৱায় মিরেল ইরমদমদা অমুক হল্লকখিসনু।

॥০॥

# তাইবঙ কৈথেল কারকপদা পুন্সি লল্লোনবা লাকপদা

*অরিবম শ্যাম শর্ম্মা*



মণিপুরী মতম ঈশৈ, ফিল্ম ঈশৈ অমদি মণিপুরী ফিল্মগী পুৱারিদা মতম চুপ্পগী ওইনা লেঙদবা লন ওইনা লৈহৌরগদবা পোকচমন ফিদা চাউনা ফংলবা শক্লায়রবা অমনি অরিবম শ্যাম শর্ম্মা। থাংমৈবন্দ লৌরুংপুরেল লৈকায়দা (সনা ফান্দেং লৈরক হায়নসু খঙনবা) অরিবম কলাচান্দ শর্ম্মা অমসুং কোংব্রাইলাৎপম নিঙোল অরিবম ওংবী বোরকৈন্যাগী মপারী ওইনা ইং কুমজা ১৯৩৬ মার্চ ২১ থাংজ নুমিত্তা (বারুনি নুমিৎ) তাইবঙ খোঙদারকখি। মচীন- মনাও অহুমগী খ্বায়দগী অহলনি। শ্যামকৃষ্ণ শর্ম্মা হায়বা অশেংবা

মিংসি শমজিল্লগা শ্যাম শর্ম্মা হায়না খঙনৈ।

গুরুময়ুম নিঙোল রাধাপ্যারীগা পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নদুনা মচানুপা অনী, মচানুপী অনীগী অপোকপা ওইরি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সিক্স তম্লিঙৈদা গুরুকুল হায়স্কুলগী ওজা কবি রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎনা রবীন্দ্র সঙ্গীতনি হায়দুনা ঈশৈ অমা তম্বীখিবা অমসুং রবীন্দ্রনাঠকী শান্তিনিকেতনগী মরমদা ৱারী লীবিখিবদগী শ্যাম শর্ম্মানা শান্তিনিকেতন্দা রবীন্দ্র সঙ্গীত তমগে খনখি। ক্লাস নাইন তম্বা মতমদসু ওজা মাইবম হরিচরন্না রবীন্দ্রনাঠ অমশুং শান্তিনিকেতনগী মরমদা লীবা ৱারী তাবদগী লাইরিকসু, ঈশৈশু শান্তিনিকেতন্দা তম্লগে হায়না পূক্নিংদা চপ য়ুংনা লেপখি। জোনষ্টোন হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌরগা ইং কুমজা ১৯৫৬ তা ডি এম কলেজদগী সাইন্সতা ইন্টরমেদিয়েট পাস তৌখি। কলকাটাগী প্রসিদেন্সি কলেজদা কেমিষ্ট্রি ওনর্সতা বি এস সি তম্নবা মিং চল্লুরবসু শান্তিনিকেতন চৎনিংবনা হেনমনখিদুনা মফমদু থাদোক্লম্লগা শান্তিনিকেতন্দা চৎখি। শান্তিনিকেতনগী বিশ্বভারতি য়ুনির্ভসিটিদগী এম এ ফিলোজোফি পাস তৌখি অদুগা ঈশৈদা রবীন্দ্র সঙ্গীত, হিন্দুষ্টানি ক্লাসিকেল বি ম্যুজিক ভাটখান্দে লক্ষ্ণৌদগী ওইখি। অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ মজরকপা শক্লায়বা অসিনা নাগমপালদগী ওজা কুঞ্জো, শগোলবন্দগী মুতুম মধুদগী ঈশৈ তম্লকপদুনা শান্তিদাঘোস অমসুং কোনিকা বেনজিদগী রবীন্দ্র সঙ্গীত নীংথিনা তম্লকখি।

শৈশকপা ওইবতা নত্তনা শৈরাংবা ওইনা ঈশৈ কয়া শেমখ্রবা, মণিপুর মতম ঈশৈ শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবকখিবা শক্লাযববা অসিনা অসুম্না হায় “ ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈ ঈশৈ য়াম্না শক্লিংলকপা মতমদা মীতৈলোলগী ঈশৈ লৈরমদে, হিন্দী ফিল্ম নত্রগা মীতৈলোল ড্রামাগী ঈশৈ নত্রগা হিন্দী ফিল্মগী ঈশৈগী সুরদা মীতৈলোলগী ঈশৈ শকপা তারম্মী। মতমদুনা ঐ ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা অনৌ অনৌবা সুর পান্দুনা অনৌবা ঈশৈ পুথোকপা পাল্লম্মী অমসুং হোৎনরম্মী। লমদমসিগী মশাগী ওইবা মহৌশাদগী লৈজরক্লবা সুব অমসুং তাল শীজিন্নদুনা ঈশৈগী সুব পানবা হৌরকখি। খুদম ওইনা “মতমগী মণিপুর” ফিল্মগী খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা কমলানা শকপা *থা থা থাবুংতোন* অসি খুনুং ঈশৈগী সুরনি। লমজা পরশুরাম ফিল্মগী *লমজা লমজা কৌগেনে নহাকপু* হায়না শৈহৌবা ফুলেন্দ্রনা ইবা অহৈবম শ্যাম্না শকখিবা ঈশৈসি খোংজোম পবর্বদা বেজ তৌবনি। কোন্সবা ইবোচৌগী ময়েক্তা “শাফবী” ফিল্মগী যমুনানা শকপা

ঈশৈ *খোয়ুমগুম্না শক্লোংপা* ফোঙ্কতা বেজ তৌবনি। "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" ফিল্মদা যমুনানা শকখিবা *লৈচিলগী মৈচাক নোংলীক্লা খঙবীদে* গজলগী মমি তাবা ঈশৈনি। অহৈবম শ্যামনা ফিল্মসিদা শকপা *করি ঈশৈ শকউগে* হায়বসি লাইট হিন্দুস্থানি ক্লাসিকেলদা বেজ তৌবনি।

শ্যাম শর্ম্মাগী দিস্ক রিকোর্ডতা লৈখ্রবা ঈশৈশিং অসি য়ামখ্রে। হুইরেম মোতিলালগী ময়েক্তা *থাজ ঈপাল লাংলিবী, মালং ঈচিক থেল্লিবী,* মৈত্রম দেবেনগী ময়েক্তা *থাজ মাবু পামজকবা নোংইন মাগী মরালনি* অরাম্বম সমরেন্দ্রগী ময়েক্তা *নীংঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়না, নীংশিংগনু য়াদে অমুক হন্না থোইবী* দেবীগী ময়েক্তা *তাইবঙ কৈথেল কারকপদা, কনাগী লৈকোন্দা শাংপীনো* সোরাবেনগী ময়েক্তা *নীংবা থুংদ্রবা ঐসে কপ্পা কপ্পা লেলহৌরগে* এম কে বিনোদিনিগী ময়েক্তা *শমু মচা অমা লৈনা লৈনা জগোয় শাই, স্বার কারক্লে যমুনা তুরেলদা* শ্যাম মশামক্তা শৈরেংবা *থম্মোয় পান্দবী কনাগী মুর্ত্তিদা* অসিনচিংবা অতাবা মীগী থম্মোয়দা কাউঙমদনা লৈরিবনি।



সি. এম ইবোবীনা শ্যাম শর্ম্মাদা লাইফ টাইম এচিবমেন্ট এৱার্ড (ফিল্ম) খুৎশিন্নবা

শৈশকপা কয়াগী দিস্ক রেকোর্ডতা লৈখ্রবা ঈশৈ কয়াসু শ্যাম শর্ম্মানা শৈবানখ্রে। খরদং পল্লবদা ময়াম পুন্না শকমিন্নবা ঈশৈদা খুবাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েকশিং *অনৌবা যুগকী অনৌবা আশা পুদুনা, কয়াম ৱাংলি লমদমদো হো যৌরনিদা,* (কমলা অমসুং শ্যাম শর্ম্মা পুন্না শকমিন্নবা), *তাইবঙ চীঙ্গাক চাদুনা পোম্বী নঙদি লেপ্লবোই* (তোম্বীসনা অমসুং রিতা পুন্না শকমিন্নবা), কমলাগী নাইতোম খোঞ্জেলদা খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা *ইকায়থীবী লৈবাংগী মপোক্কি,* জি রোবিন্দ্রগী খোঞ্জেলদা খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা *ৱারৌগনুকো ওইনচাওবী,* এম কে বিনোদিনিগী ময়েক্তা অশেম বিমলাগী নাইতোম খোঞ্জেলদা *করম্বা যুগকী কাউথ্রবা অহীংদা মঙখিবা মঙগী মমিনো* অসিনচিংবা নুংশিরবা ঈশৈ কয়া কয়ানি।

অসিদসু নত্তনা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী বি প্লস শৈশকপা অসিনা এমেচর আর্টিষ্ট এসোসিএসন অমসুং রুপরাগ লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। রুপরাগগী ঈশৈ কয়াসু সুর পান্দুনা অচৌবা খুদোল তমখি। বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ময়েক্তা *হো ইমা পোক্লফম ইমা নঙগুম্বী লৈতে ইমা, লাউ য়েংলুসি লাউ, লাউ থিরুসি লাউ,* এমকে বিনোদিনিগী ময়েক্তা *লায়রবীনি হায়নৈ ইমা নঙবু মীনা* অসিনচিংবা ময়াম পুন্না শকমীন্নবা ঈশৈ কয়াসিদা নত্তনা রুপরাগগী নাইতোম ঈশৈ কয়াসু সুর পানখি।

ঈশৈদা পোত্থাবা হৈত্রবা, চোকথবা লৈত্রবা শক্লায়রবা অসিনা ইং কুমজা ২০০১ জুন ১৮গী *লাইবক ফবী কেক্রুপাৎ* হায়না মিংথোনবা রুপরাগগী ওডিও কেসেট, মণিপুরদা পাঙথোকখিবা ৫ শুবা নেম্রেল গেমসতা শৈহৌ ঈশৈ ওইখিবা রাজেন্দ ওক্রম্মা ইবা *হো পারী শঙাই নঙবু,* অদুগা *মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত* হায়না মিংথোনবা ওডিও কেসেটকী অনৌবা সুর মায় পাক্লা পানখ্রে। পনবা য়াবা অমনা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা লাম্থোকখিবা লাইশোল ঈশৈগী ইপিসোদ ওইরিবা *শ্রীকৃষ্ণ লীলা* হায়না মিংথোনবা হুইদ্রোম ভরতনা ইবা ইপিসোদ ৩০গী ঈশৈসি শ্যাম শর্ম্মানা শুর পানবনি। বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মানা ইবা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী ঈশৈ শক্তমশিং "ঙাংবিতোন", "যাইরিপোক থম্বালনু", "উমংগী পুন্সি" গী ঈশৈ কযাসু মহাক্লা সুর পানখি।

মহাক দ্রামাগী সংস্থান কয়াসু লোয়নরকখি। অরয়ন ঠিএটর, মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ননচিংবদা য়াওরকখি। রুপমহলগী "রক্তকরবী" দা শ্যাম শর্ম্মানা বিশু অঙাওবগী শক্তম লাংখি। মদুদা রাজকুমার সুরেন্দ্রনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপীদুনা *ঐগী মঙলান হীরেলগী হীরোয়* হায়বা রবীন্দ্র সঙ্গীত অদু শকখি। ঈশৈ অদু তারুবদগী এম কে বিনোদিনিগা শ্যাম শর্ম্মাগা শক খঙনবা হৌখি। মতুংদা রুপরাগদা অমসুং মণিপুরী ফিল্মদা পূন্না অচৌবা থৌদাং য়ামিন্নখি।

মণিপুরী ফিল্ম কয়াদা মায় পাক্লবা ম্যুজিক দাইরেক্টর অমা ওইনা ফিদা ফংখ্রবা শক্লায়রবা অসিনা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইখিবা ফিল্ম খবদি কে টি ফিল্মস প্রাইভেট লিমিটেদ, মণিপুরগী "মতমগী মনিপুর" (১৯৭২), এন এস ফিল্মসগী "লমজা পরশুরাম" (১৯৭৪), "শাফবী" (১৯৭৬), "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" (১৯৮০), "কোম্বীরৈ" (১৯৮৯) মণিপুর চীংতম ফিল্ম কো-ওপবেটিভ সোসাইটি লিমিটেদগী পুথোকখিদ্রবা ফিল্ম "উরীরৈ মাধবী" (বুধচন্দ্রগা লোয়ননা) .... অসিনচিংবানি। শ্যাম শর্ম্মানা শৈবানবা

অশেম বিমলাগী খোঙ্জেলদা "উরিরৈ মাধবী" গী ঈশৈ *চাক্লিবা লাশৈগ্গী অথাগ্গা চীংদা মুৎচখিনি মথন্নতা* (ডাঃ কমলগী ময়েক) মতম পুন্নদা লৈহৌরগদবা ঈশৈনি। নীংশিংবা য়াবদি "ওলাংথাগী ৱাংমদশু" সিলভর জুবিলি ফংখিবা মণিপুরী ফিল্মনি।

শক্লায়রবা ফিল্ম মেকর অসিনা মণিপুরী ফিল্ম কয়াসু মায় পাক্লা দাইরেক্সন পীদুনা তোপ তোপ্পা মশক অমসু উৎখ্রে। ফিচর ফিল্মদা, লৈখিদ্রবী এম কে বিনোদিনিনা ইবীরম্বা ফিল্মশিং এক্স সাইন প্রদক্সনগী "ইমাগী নিংথেম", গৌহাটি দুরদর্শন্না পুথোকপা "ইশানৌ" (১৯৯০), নেস্নেল ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোরপোরেসন অমসুং দুরদর্শন্না পুথোকখিবা "সনাবী" (১৯৯৫) অসিনচিংবা ফিচর ফিল্ম তরামাথোই দাইরেক্সন পীখ্রে।

নন-ফিচর ফিল্মদা "সনা লৈবাক মণিপুর" (১৯৮৪), "শঙাই, দ দান্সিং দিয়র ওফ মণিপুর" (১৯৮৭-৮৮), "কৈবুল লমজাউ নেস্নেল পার্ক" (১৯৮৮), "মৈতৈ পুং" (১৯৯৪), "ওর্কিদস ওফ মণিপুর" (১৯৯৪), "য়েলহৌ জগোয়" (১৯৯৫), "রাজ্যশ্রী ভৈগ্যাচন্দ্র ওফ মণিপুব" (২০০৭) অসিনচিংবা নন-ফিচর ফিল্ম ২৬ হৌজিক ফাওবদা দাইরেক্সন পীখ্রে।

ফিচর ফিল্মদা "ইমাগী নিংথেম" না গ্রান্দ প্রিক্স এৱার্দ ১৯৮২ ফংখিবগা নন-ফিচরদা "শঙাই, দ দান্সিং দিয়র ওফ মণিপুব" অসি বৃটিশ ফিল্ম ইন্সটিট্যুটনা আউষ্টেন্দিং ফিল্ম ওফ দি ইয়ব ১৯৮৯ লাউথোকখি। ফিচর অমসুং নন-ফিচর ফিল্ম অয়াম্বদা নেস্নেল অমসুং ইন্টরনেস্নেলগী থাক্তা মনা কয়া ফংখি। পেনোরমা সেক্সন চঙখি। পুন্না নেস্নেল এৱার্দ ১৫গী মথক্তা ফংখ্রে। নীংশিংজবা অমদি ফিল্ম মেকর অসিগী ফিল্মগী থৌদাংদি ফিল্মগী স্কোলারশিংনা হেন্না মপুং ফানা পুথোকপীবকসনু। ঈশৈগী মরমদা হেন্না য়ুম্ফম ওইনা ইজবা ওইখিবনা ফিল্মগী মতাংদা খজিক্তুং পঙ্জবতনি। ঈশৈদগীদি ফিল্মগী ওইনা হেন্না মীয়াম্না শকখঙনরবা শক্লায়বা অসিগী ফিল্মগী মতাংসি পল্লমদ্রবদি ইরাল লঙজরগদ্রা খন্না পঞ্জবনি।

মহাক্কী ঈশৈগী অমদি ফিল্মগী থৌদাংবু শক খঙবীদুনা ইকায় খুম্ন নিংঙাই অমসুং লেমজনিংঙাই ওইরবা মনা-মথুম কয়ানা লৈতেংখ্রে। মপুং ওইবা খরা পঞ্জরবদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা সঙ্গীত রত্ন এৱার্দ (২০০৬), ভারত সরকারনা পীবা পদ্মশ্রী এৱার্দ, ২০০৬, ডাক্তর শান্তরাম লাইফ এচিবমেন্ট এৱার্দ, ২০০৮, কমল কুমারী



নেম্রেল এৱার্দ, ২০০৯, মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসন্না পীবা লাইফ টাইম এচিবমেন্ট এৱার্দ ২০১০, মণিপুরী সাহিত্য, ইম্ফালগী প্লাটিনম জুবিলিগী থোইদোকপা সনমান ২০১০, নোংমাইথেম পহারী মেমোরিএল লাইফ টাইম এচিবমেন্ট এৱার্দ ২০০৯ অসিনচিংবনি।

পনবা য়াবদি অরিবম শ্যাম শর্ম্মা মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসনগী অহানবা মেনেজিং দাইরেক্তর ওইনা থৌ পুখি, মণিপুরী ফিল্ম চাওখৎনবা হৌজিকফাওবদা পোত্থাদ্রি।

ডি এম কলেজদা ১৯৬২-৬৩ দগী ফিলোজোফিগী লেকচরর ওইনা থবক চঙলগা ১৯৮৯-৯০ দ ভলন্টরি রিটাইরমেন্ট লৌথোক্লগা হৌজিক ফাওবদা ঈশৈদা, ফিল্মদা হেন্না মায় ওনশিল্লি। শৈশকপা, শৈবানবা অমসুং ফিল্ম মেকর অমা ওইনা মহৈরোয় কয়াসু পুথোকখি। অহৈবম বুধচন্দ্র, কমলা, যমুনা, খুন জয়কুমার, অহৈবম শ্যাম অনৌবদা বিরকুমার মহাক্কী ঈশৈগী মহৈরোয় ঙাক্তনি। অহৈবম শ্যাম অমসু খুন জয়বু ফিল্মগী ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনসু লমজিংবীখি। শক্লায়রবা অসিগা য়ুমদা উন্নজরুবদা মাগী মহৈরোয়শিংবু নীংশিংলগা অসুম্না নুংশিনা শোল্লি - ঐনা ইখুৎ চানা শেমজরকপা ঐগী ছাত্র অহৈবম বুধচন্দ্র মশা শোন্দুনা লৈরে, শ্যামসু লৈখিদ্রে, খুন জয়সু মশা ফত্রে, ঐগী ইহুৎ ইরেং খরা শিনগদ্রা হায়ববু অহল ওইরবা ঐনা অকনবা শাদুনা লৈরে, ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে, লৈখিদবা য়াও, মশা ফত্তবা য়াও পাম্মুখ্রে।"

হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী মতম ঈশৈগী মতাংদা শক্লায়রবা অসিনা হায়নিংলিবদি মমাঙঙৈগা য়েংনরুরবদি মণিপুরী মতম ঈশৈগী অসি হৌজিক্তি মফম কন্না হিংবা ঙম্লে, য়াম্না ফরে চাওখৎলে হায়না লৌবা য়ারে। ইচাশিং, ইনাওশিং, শৈশকপা শৈশকপী ওইনা, ম্যুজিক কমপোজর ওইনা থোকপীরক্লিবসি য়াম্না নুংঙাই। হেন্না হেন্না হোৎনবদি চঙলি, মণিপুরগী মনুংদতা নত্তনা মপান্দসু কম্পিট তৌনবা চঙলি। শৈশকপা শৈরাংবতা নত্তনা ঈশৈগী মগুণ হাপ্পদা ম্যুজিক কম্পোজরগীসু থৌদাং চাউই, য়াম্না মরুওই।

হান্নগীসু থিজিনবা চঙই, হেন্না ক্রিয়েটিব ওইবা মওংদা অনৌ-অনৌবা পুথোকপা তাই, ময়েক ফজহন্বা তাই, সুর ফজহন্বা তাই। ঈশৈবু রোমান্তিক ওইনতা পুথোকপা, উহনবা চুমদে। ঈরৈবাক নুংশিবগী ইথিল পীগদবনি। লাইনিং লাইশোল খঙহনগদবনি। ঈশৈনা পূন্নমক ওইরিবনি। হেন্না পূক্লিং থৌগৎপা, ক্রিটিসাইজ তৌবা, এপ্রিসিএসন তৌবা দরকার লৈরি। য়াম্না ক্রিয়েটিভ ওইবা তাই।

নেম্লেল অমসুং মালেমগী থাক্তা শকখঙলবা অরিবম শ্যাম শর্ম্মা চহী অহল ওইশিল্লক্রবসু ঈশৈদগী, ফিল্মদগী পোথাবা লৈত্রি। হেন্না হেন্না থৌ চিনশিল্লক্লি। তাইবঙ শেন্বা নোংদম্বা মহাক্লা শক্লায়রবা ওজা অসিবু মতম চুপ্পদা থৌজানবীসনু, অনা- অয়েক, অয়েৎ- অপন য়াওদনা পাঙলুবা শিন্থা খুদিংমক মায় পাক্লা অমদি পুক্সি নুংশাংনা লৈবা ওইহনবীসনু। ঐখোয়বু মহাক্কী অনৌবা খূদোল কয়া মথং মথং ঙাইমিন্নসি।

||০||

# মুন্না তাও লাঙগনুকো ইতা থাউমৈগী ৱারীনি

*- চোংথাম কমলা*



মী ওইবনা পাবম পুবমচত্তগী চত্থবক্লিবা লাইনিং লাইশোল, লাইগী থৌবম কয়াদা থাদোক্লবা যাবক্লবা পোকপা, হিংবা, শিবা নাইবা মীওইপোক্কী অৱাবা নুংঙাইবা, কায়নবা, থুংনবা পুন্সিগী তাঙ্কক কয়াদা শগোন্নবিবা ঈশৈনি। হোৎনববদা ঙমদবা লৈতে, তল্লবদা হৈতবা লৈতে হায়নববসু ঈশৈ শকপগী শিনফম অসিদি পীথোবকপা খোঞ্জেলগী মতীক ময়াই খবা যাওদনদি তল্লাতা মপৃং ফানা মায পাকপা পাল্লে ঙম্মদে। অহোঙবা নাইবা তাইবঙগী ঈচেলদা ঈবোইনবিবা মতমগী ঈশৈগী খোঙচত্তসু অবীবা শৈশকশিং, ঈশৈ ময়েকশিং অমদি তাম্বাগী ফজবা ঙসিসু মাঙদ্রি, হেন্না হেন্না ফজবক্লি। অবীবগী ফজবদা য়ুম্ফম থোল্লগা অৱাংবা কৈবাক থানবা মালেমগী চৎনবী ওইবনা অবীবা ঈশৈগী ফজবা য়োকখত্তুনা তুংগী মীবোলগীদমক মাঙহন্দনা থম্বা তঙাইফদে। মীযামগী থম্মোয় হুন্ত্রবা তাবুনুংগী শৈশকপা শৈশকপী কয়াগী ঈশৈ তাকবগা *থাযনগী লৈবাং অমনবী মল্ল-মল্ল*

*লৈনুংশি..., লম্বী অমনবা খোঙ হামজিনগনু– ওল্ড ইজ গোল্ড* হায়বগদু খঙনিং খঙনিং নীংশীংলকই।

মেঙলবী খোয়থুম্নরবী খোঞ্জেলনা অতাবা মীপুম খূদিংগী থম্মোয় পূমসুম শুমখিবী সনা লৈবাক্কী মতম ঈশৈগী তোমথিন ঙানবী শৈশকপী অমনি ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী এনাউন্সরসু ওইরম্বী চোংথাম কমলা। বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ঈশৈ ময়েকশিং- *মুন্না তাও লাঙগনুকো, ইতা থাউমৈগী ৱারীনি..., ৱা অমত্তা হংজগে লাকপনি..., ঈশিং চায়বী মনাক্তা চীংয়া অমদা..., লৈকোলসিদা কুরাক অনি কোইপাই পাইরি..., পুক্লিংদা মওল মওল খল্লে..., উরম্মী নঙবু ঐগী মঙলান্দা...,* থাংজম কোরাম্বী ময়েক্তা *ঝম ঝম চুরো কুমগী নোং* (থাশিগী ঈশৈ) ঈশৈশিংসিনা মীয়ামদা মায় পাক্না শক তাকখ্রবী কমলানি। তাম্নাগুম্বী খোঞ্জেলদা মশাগী গ্রামোফোন রেকোর্ড পুথোক্কুনা মীয়ামদা খূদোল তৌখ্রে। খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা — *ইকাইখীবী লৈরাংগী মপোক্লি*, থোইবী দেবীগী ময়েক্তা — *শাগৈগী মৌনি খঙদবরা শ্যাম*, এম কে বিনোদিনিগী ময়েক্তা — *থম্মোয়গী হিনাউ শাবা*, বি জয়ন্তকুমারগী শর্ম্মাগী ময়েক্তা– *ইতা নঙগী মালিকা লৈকোল, লৈশিবু পামজনা চিল্লুরে ঐনা*, কোম্সবা ইবোচৌগী ময়েক্তা —*উনারক্তা লোৎলিবী লৈরাং নঙবু শাংহৌরো* (অরিবম শ্যাম শর্ম্মগা পূন্না শকমিন্নবা) পনবা য়াই। অপূনবা খোঞ্জেলদা কমলানা রিতা, শ্যাম শর্ম্মা, বুধ অমসুং তোম্বীস্নাগা শকমিন্নবা খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা -*-অনৌবা যুগকী অনৌবা আশা পুদুনা..., কয়াম ৱাংলি লমদমদো* হায়বা ঈশৈগী গ্রামোফোন রেকোর্ডসু লৈখ্রে।

হৌজিক হৌজিক থাংমৈবন্দ লৌরুং পুরেল লৈকাইদা চোংথাম বিরেন্দ্রকুমাবগী পুম্সি খোঙলোয় ওইদুনা মচানুপা মরি, মচানুপী অমগী অপোকপী ওইরিবী কমলাগী মপাম লমদমদি য়াইস্কুল হীরুহনবা লৈকায়নি। অপোকপগী মিংনা অয়েকপম গৌরকিশ্বব সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা লাইশ্রম নিঙোল অয়েকপম ওংবী অমুমচা দেবীনি। কমলা (মনি ইবেম্মা) ১৯৪০গী ওক্তোবর ১৩ নোংমাইজিং নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি।

কমলাগী অপোকপী অমুমচাসু পাসখেলা, নট সংকীর্ত্তন, মনোহরশাই শক্লকই। কমলাসু অপোকপীগী গুণ খরা য়াওবনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ শক্লকই। গৌর লিলা য়াওরকই, থৌরানি শারকই। রূপমহলগী নরমেধ যজ্ঞদা কমলানা কৃষ্ণ শারুবগী যুমদা লান তৌখিবগী ৱাবীসু লৈ। কমলাগী মধৌ অয়েকপম লক্ষ্মন ঈশৈ নোংমাই য়াম্না পাম্বা মী ওইবনা লৈখিদ্রবা ওজা থৌচোম অঙৌদা কমলাবু গীত গোবীন্দ অমসুং রাগ তমহনখি।



মতমসি কমলানা ক্লাস সেভেন-আইট তম্বা মতমনি। মধৌ অহল অঙ্গো কেরানিগী অরোইবা যাহিপ তাল্লমদাইদা কমলাবু গীত গোবীন্দ শকহন্দুনা তাখি। ক্লাস নাইন তম্লিবী কমলানা ঈশৈদু কপ্পা কপ্পা শকখি। ঙাংবম নিমাইনসু কমলাদা ঈশৈ ২/৩ তম্বীখি। চাউরক্লবা মতমদা রবীন্দ্র সঙ্গীতনি হায়বা কমলানা খঙখি।

ঈশৈ শকপা পামজরবসু কমলা ঈশৈ তৌফমদা ঈশৈ শকপা, ত্রিনাথ শকপা অহল লম্মন্না যাদবনা শুকফং ফংলক্কে। মেত্রিক পাস তৌরগা ইন্টবমেদিযেট হায়বদি আইএ তল্লকপা মতমদগী কমলানা ঈশৈগী পুন্সিদা খোঙদাবা ফংবগী লম্বী অমা ফংখি। অহলশিংনা য়াবীদুনা ওল ইন্দিয়া রেডিও গৌহাটিদা মণিপুবী প্রোগ্রাম শন্দোক্লিঙৈদা মণিপুবী মতম ঈশৈগী ওডিসন পাস তৌখি। আই এগী চহী পরিক্ষাগী রুটিন পীরবা মতমদা অহানবা ঈশৈ শকপগী কন্তেক্ট লাকপদা পরিক্ষানা মরম ওইদুনা লৌবা ঙমখিদে। মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইখিদে। মতুংদা খূদোংচাবা পীবীনবা চে ইখি। অনীশুবা ঈশৈগী কন্তেক্ট লাক্লিঙৈদা ওল ইন্দিয়া বেডিও ইম্ফালদা লাকখি। অসুম্না অহৈবম বুধগা লোয়ননা ১৯৬১ দা ওডিসন পাস তৌখিবা কমলা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী মতমগী ঈশৈ শৈশকপী ওইরকখি। বি গ্রেডনি। কমলানা অসুম্না হায় **"ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল অসি লৈরমদ্রবদি ঐদি শৈশকপী ওইরম্রোই।"** মধৌ লক্কমননা রুপবাগগী প্রসিদেন্ট ওইবা মতমদা কমলাবু ব্রাহেংবম সেলুংবদা ঈশৈ তমহল্লকখি। লাইশ্রম গৌবহবি, অরিবম শ্যাম শর্ম্মা, মাইবম হরিচরন, এম কে বিনোদিনিদগী রবীন্দ্র সঙ্গীত অমসুং মতমগী ঈশৈ তল্লকপগা লোয়ননা নোংমাইথেম পহারী, বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাদগীসু মতমগী ঈশৈ তল্লকখি। রবীন্দ্র সঙ্গীতনা কমলাগী ঈশৈগী পুন্সিদা অচৌবা ইথিল পীখি।

কমলাদি নুংশি-নুংওলগী ঈশৈ শকপা কয়া পাল্লক্কে। হান্না রেডিওদা ঈশৈ শক্লম্বা বিমলা, মেমা, পহারীনা মপান্দা ঈশৈ তম্বা চংখিবনা মবম ওইদুনা

কমলা অমসুং অহৈবম বুধ ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী ঈশৈ শকপগী প্রোগ্রাম য়াম্না কুংনা ফংখি। ঈশৈদা নত্তনা রেডিওগী লিলা কয়াদা কমলানা শরুক য়ারকখি। ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা ইহান হান্না ম্যুজিকেল ফিচর তৌবদা রুপ রাগনা তৌই। "ঙানবীতোন" দা কমলানা ঙানবীতোন শাই। "শন্দ্রেম্বী শৈত্রা" দা কমলানা শন্দ্রেম্বী শাই। "য়াইরিপোক থম্বালনু" দা থম্বালনু শাই। "উমংগী পুন্সি"দসু য়াওই। অসিদা নত্তনা ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালনা পুথোকখিবা ঈশৈ শত্তম কয়াদসু কমলানা ঈশৈ শক্লকই। খরদং পল্লবদা "নীংশিংলি ঈশৈদো, "পুন্সি খোঙচৎ", "নিংথমথা", "য়াউশং","সতি খোঙনাং" অসিনচিংবনি।

মণিপুরী ফিল্মদসু প্লেবেক সিঙ্গর ওইনা মায় পাক্লা শৈশকপ্রবী কমলানি। ১৯৭২দা পুথোকখিবা "মতমগী মণিপুর" ফিল্মদা খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা *থা থা থাবুংতোন,* এম কে বিনোদিনিগী ময়েক্তা *লাপ্পা লোৎনা লৈযু নক্লা নাক্তা লেপ্পু* কমলানা শকখিবনি। ১৯৭৪ দা পুথোকখিবা "লমজা পরশুরাম" ফিল্মদা কমলানা শকখিবা খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক *নঙদি চৎলে তাক্লমদনা* অদুগা খুন জয়কুমারগা শকমিন্নবা *ঙাওরেহে ঐদি, শুমহৎলে নঙনা* মীয়াম্না পাম্নখিবা ঈশৈনি। ১৯৮৪দা পুথোকখিবা "য়াইরিপোক থম্বালনু" গী বি. জয়ন্তকুমারগী ময়েক্তা *ইতা মাঞ্জা কাদা চৎলনি* অমসুং পহারীগা শকমিন্নবা *নুংশি চরোং চুম্বী* ঈশৈশিংসিদসু কমলাগী শৈশক্কী মহাও মীয়াম্না ফংখ্রে। ১৯৮৯দা পুথোকখিবা "কোম্বীরৈ" ফিল্মগী কোঙ্গবা ইবোচৌনা শৈরেংবা খুন জয়কুমারগা শকমিন্নবা *কোম্বীরৈ য়ারলপাৎকী কোম্বীরৈ* অমসুং *নুজা নঙবু নুংশিরুবা* অদুগা কমলাগী নাইতোম খোন্থোক্তা *হো হো খোইমু লমদনবা খোইমু* ফিল্মসিবু মশক থোকহনখিবা ঈশৈশিংনি। "থম্বাল", "পাউখুম অমা" হায়রিবা ফিল্মশিংদসু কমলানা প্লেবেক সিঙ্গর ওইখ্রে।

বাপুপারাদা লৈবা "লেডি আর্ল গালর্স এমই স্কুল" দা ক্লাস সিক্স ফাওবা বেঙ্গলি মেডিয়মদা লাইরিক তম্লকপী কমলা ক্লাস সেভেন্দগী তম্ফাম্না হায়স্কুলদা তমদুনা মেত্রিক পাস তৌখি। ডিএম কলেজদগী ১৯৬৪দা ইড়ুকেসন অমসুং ইতিহাসতা গ্রেজুয়েশন লোইখি। ১৯৬৪-৬৫দগী লিট্রল ফ্লব্বারগী ওজা ওইখি। ১৯৬৬তগীদি ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী এনাউন্সর ওইনা থবক চঙখি। ইং ২০০৩ দা সেনিয়ার এনাউন্সর ওইনা থবক্তগী পোথাখি। শক্লায়রবী অসি "এমেচর আর্টিষ্ট এসোসিয়েশন" লিংখৎপদা য়াওখি। রুপরাগগী ফাউন্দর

মেম্বরনি।মণিপুরদা পাঙথোকপা ফিল্ম ফেষ্টিভেল অমসুং ঈশৈগী চাংদম্নবা কয়াদা জুরি মেম্বর ওইখ্রে। হৌজিকসু ওইরি।



কমলানা হায়নিংলিবদি ঈশৈদা খোঙদারক্লিবশিংনা খাঙবা কন্না ঈশৈবু মমুৎ তানা খঙনবা হোৎনরগা হেন্না হেন্না মপুং ফানা শকহন্নিংই। ঈশৈ অমবু থাক ৱাংহনবদা, ফজহনবদা ঈশৈ ময়েক, সুর পানবা, শৈশকপা অমসুং যন্ত্রগী মপুং ফানা চুংশিন্নবা চঙই। ষ্টেটকী থাক্তদা নত্তনা মপান লৈবাক্কী তোঙান-তোঙানবা টিভি চেনেলশিংদা খুদম ওইনা জিটিভিগী সারেগমা, সোনিনচিংবদসু শৈশকপা শৈশকপীশিংনা কম্পিটিসন য়াওহন্নিংই। নৌরিবা শৈশকপা শৈশকপী কয়াবু ঈশৈগী লমজিং পীখ্রবী কমলানা ঙসিসু অদুম্মক লমজিং পীনিংলি। ঙসিগী সমাজদা তোয়না হায়নরিবা, হান্নদগীসু হায়নরকপা "নুপীনা তৌবা থবক্তবু" হায়বা তাবা নুংঙাইতবা ৱাহৈসি নুপীশিংনা হায়হল্লোইদবনি, নুপীশিংনা তিংলৈনা পায়বিবা শিনফম তৌরিবা থবক অদু মায় পাক্লবা মায়পুনগদবনি হায়বসি মহাক্কী ফিবেপনি। অমুকসু মীওইবগী মাঙফদ্রবা লন ওইরিবা অচুম্বা, পুকচেল শেংবা, মিনুংশি অসি মীওইবগী মরক্তা অসুম অসুম লাপথোকখিগদ্রা হায়বগী মিপাইবসু কমলাগী থম্মোয়দা ফাওরি।

পোকপদগী লোয়নরক্লবা নুংশিরবী খোঞ্জেলদা পূক্লিং হূরবা শৈশক্কী ঈপোম্না ইরমদমগী মফম খূদিং, চীং-য়া তময়া, লোইবী লোয়া শিন্থুংনা খোম্থাং য়ৈহনখ্রবী হৌজিক্তি থাংথবা, য়াররোইদবা চহীগী নম্বোসু পোরবী কমলানা ঈশৈগী লম্বীদা করম্না থৌদাং লৌরকপা হায়বদুদি মতমগী খোঙচৎকা ঈরোইননা পূন্না ঙাইমিন্নরসি। শকউদবা মহাক্লসু শৈশকপী অসিবু মতম চূপ্পদা থৌজানবীসনু।

॥০॥

# লক্লরুগে ঙসিদি শান্নরুগে কুম্মৈদুম

- *অহৈবম বুধচন্দ্র*

তম্বা ঙমদবা মীওইবা পুন্সি খোঙচৎনি। ঙবাংগী তাক্ককতি হৌখ্রে, ঙসিগীসু উবে, হযেংগীদি খঙদ্রি। নোংদম্বগী চাংয়েংফম ওইবিবা পুন্সিসিদা কনানসু পাম্মদে তায়োন্নবা নোংদমখোল। অদুবু কনাসু নাম্থোকপদি ঙম্মদে লাইবক্তা তম্লম্লবা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই চৈথেংসিদগী। মমল যাম্লবা মপোক কযাসু মনুং মতম চাদনা পুশিনখ্রিবনি মহাক্ল। মখুযা থম্বালদা। মখোয়গী মবক্তা য়াওখ্রিবনি ঐখোযগী পাম্মৃববা শক্লায়ববা শৈশকপা নোংমাইথেম পহাবী, কৈশাম যামিনিকান্ত, অহৈবম শ্যামশু। ঐখোয় পুম্নমক মখোয়না চৎখিবা লম্বীদুদা নোংমা নৎত্রগা নোংমা



শোয়দনা চৎলগদবনি। অহান-অকোনগী ৱানি। মদুমক ওইদুনসু শক্লায়রবা শৈশকপা অহৈবম বুধচন্দ্রনা ঐনা খনজরম্বগী ওন্ন-তৈনবদা মহাক্কী কাদা মোরা ফমদুনা টিভি য়েংদুনা লৈরম্লিবা হকচাঙগী ফিভম অদু উরুবদা পুক্লিংদা নোংদম্ববু খোঞ্জেল থোক্তনা ৱারৌজখি। পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং কয়া থম্মোয়দা হংজখি। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মনাক্তা পুশিনবীদনা ঐখোয়গী মাঙদা অহীংবা শক্তম অমা ওইনা থম্বীরম্লিবসি লাইবক ফরবনি হায়না ইতোমতা থেমজিনজখি।

ইং কুমজা ১৯৯৫গী লোইরমদাইদগী বিপি ষ্ট্রোক্লা লাইবক থীহনখ্রবা, হকচাঙগী য়েংথংবা শরুক নিংথিনা মথৌ তৌদ্রবা, নীংশিংবগী অমসুং ঙাংথোকপগী পাঙ্গল ৱাংলবা অহৈবম বুধ মশামক্তগী খঙজনিংবা, তাজনিংবা ৱারোল কয়াদি তাজবা ফংখিদ্রে। অদুবু ৱাহং খরাগী অতেনবা পাউখুম পীবীরকপদু কাউঙম্লরোইদবা মমল য়াম্লবা খুদোলনি।

অহৈবম বুধচন্দ্র ইং কুমজা ১৯৪১, মে ১৮, নোংমাইজিং নুমিত্তা অহৈবম মনিকচান্দ সিংহ অমসুং অহৈবম ওংবী পিশক দেবীগী মপারী ওইনা তাইবঙদা হংঙা শৈশক তম্লকখি। হৌজিক-হৌজিক থাংমৈবন্দ হিজম দেৱান লৈকায়দা মাইস্নাম নিঙোল অহৈবম ওংবী রুহীনি দেবীগা পুন্সি খোংলোয় ওইদুনা মচানুপা ৩ অমসুং মচানুপী ৪ গী অপোকপা ওইরি।

জোনষ্টোন স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌরগা দিএম কলেজদগী ইন্টরমেদিয়েট পাস তৌই। মণিপুর ফিল্ম দিভেলপমেন্ট কোর্পোরেসনগী লাইব্রেরিয়ান ওইরম্বদগী মশাগী অনাবনা মরম ওইদুনা থবক্তগী পোথাখি।

ঈশৈগী পুন্সিদা গভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজদগী সেকেন্দ ইয়র পাস তৌরগা অরিবম শ্যাম শর্ম্মদগী মতমগী ঈশৈ অমসুং রবীন্দ্র সঙ্গীত তমখি। বুধগী অপোকপা মনিকচান্দ মীতৈ পুংয়ৈবনি। বুধসু পুং য়ৈবা য়াম্না হৈ। লৈখিদ্রবা লোইতোংবম মেঞ্জোরদগী তবলা নীংথিনা তম্মী, তবলা য়ৈবা য়াম্না হৈ। অরিবম শ্যাম শর্ম্মাগী লেংদবা তবলা য়ৈবা ওইরকই, মানা তবলা য়ৈরবদি শ্যাম্না ঈশৈ শকপা ওম্থোক্লা নুংঙাই হায়। বুধনা ইহান হান্না ঈশৈ শকপা হৌখিবসি শিংজমৈদা শিবরাত্রি নুমিৎকী ঈশৈগী শৈফম অমদনি। ইরাপ লাপ্নদবা শৈফম ২দা শ্যাম্না ঈশৈ শকপা তাখি। অদুবু শৈফম অমদা বুধ থাগ্রগা

অরিবম শ্যাম্মা শৈফম অমদা লৈহৌই। শ্যাম্মা বুধদা তম্বীখিবা *থরায়না শ্যামগী মনাক্তা...* হায়না শৈহৌবা ঈশৈদু বুধনা অহানবা ওইনা শরুকপদা শ্যাম্মা ঈশৈ শক্লা শক্লা য়াম্মা পাখৎনা তাখি। নুমিত্তুদগী ঈশৈ মথং-মথং তমদুনা শকখিবদগী বুধ মীয়াম্মা পাম্লবা শৈশকপা ওইখি।

রুপ-রাগ হৌরকপদগী য়াওরকপদা নত্তনা রুপ-রাগ হীংহনবদা বুধনা য়াম্মা চাউনা থৌদাং লৌখি। রুপ-রাগগী সেক্রেটরি ওইখি। মতম শাংনা ম্যুজিক স্কুল পুদুনা রুপ-রাগগী ছাত্র কয়া পুথোকখি। রুপ-রাগগী "গ্রেট টু নাইট" পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। হুইদ্রোম ভবতনা শৈরেংবা নিমাই সন্ন্যাস সুর পান্দুনা শেম শাদুনা রুপ-রাগগী "সংকীর্ত্তন" পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা বুধনি। ইং কুমজা ১৯৬৩ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল লিংখৎলকপদা রুপ-রাগগী মশক নাইবা অহলশিংনা রেদিওদা থবক চঙনখিবা, অরিবম শ্যাম অমসুং এম কে বিনোদিনিনা ফিল্মদা মায় ওনশিনখিবা, কুইনা হীংলকপগী হৌনশা রুপ-রাগনা শোন্থরকপা, শীথরকপা তাঙ্কক কযাদা বুধনা অৱাবা কয়া মায়োক্লদুনা রুপ-রাগবু মপাঙ্গল কনখৎহনখি। রুপ-রাগবু তশেংনা নুংশিবা, রুপ-রাগদা কথোকচবা বুধনি। রুপ-রাগা অমসুং অহৈবম বুধদি শেনমিৎ (কোইন) অমগী শেৎতোক-খায়দোক্লবা য়াদবা নাকল অনিগুম্বনি। নহা অহল খাইদনা তিন্নবা য়াবা, মবুক মপাউ ফবা, লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা, থবক য়াংবা বুধ রুপ-বাগগী ঈশৈগী মতাংদদি মহাক্কী ওজা শ্যামগী য়েংথংবা পাম্বোমনি। "অনৌবা যুগ" হায়না কৌবা ধর্ম্মবীর ভারতীনা হিন্দীদা ইবা অদুগা পুখ্রম্বম শামুনা মীতৈলোন্দা হন্দোকপা লিলা অসিগী ঈশৈগী সুর বুধনা পানখি। মশামক্কী যুম শানবা থম্বা শেনফম ফাওবা শীজিন্নদুনা লিলাসি পুথোকখি। রতন থীয়াম্মা লিলাসিগী লমজিং লমতাকপা ওইখিবনি।

রুপ-রাগ, এ আই আর ইম্ফালগী মণিপুরী মতম ঈশৈগী শৈশকপা, শৈবানবা অমা ওইনা ঈশৈগী তাইবঙদা মফম চাওনা কল্লম্বা বুধ ইং কুমজা ১৯৭২ দা পুথোকখিবা ইহান হানবা মণিপুরী ফিল্ম "মতমগী মণিপুর"গী ইহান হানবা মেল প্লেবেক সিঙ্গরনি। বুধগী ঈশৈ অয়াম্বা মীয়াম্মা পাম্লখিবা, হনজিন-হনজিন তানিংবা পোকপা ঙাক্তনি। খরদং লৌখৎচরবদা "মতমগী



মণিপুর" ফিল্মগী *ঐগী পুন্সি নঙগা করি থোক্লে* খুরাইজম ফুলেন্দ্রনা শৈরেংবা), মশানা ম্যুজিক দাইরেক্তর ওইবা পুথোকপদি ঙমখিদ্রবা ফিল্ম "উরিরৈ মাধবী"গী *নঙদি অয়েকপা শক্তম্নি নুংশি খঙবা হৌনদে* (বি জয়ন্তকুমারনা শৈরেংবা), এম কে বিনোদিনিগী ময়েক্তা *লাক্লবরা ফমলো ঐগী নাক্তা*, বি জয়ন্তকুমারগী ময়েকশিং *ঐদি চীক্লবা খুঙ্গংদুদা লৈবনি, সেবানা থম্মনি সেবানা কম্মনি*, কোক্সবা ইবোচৌগী ময়েক্তা *লক্লকুগে ঙসিদি শান্নকুগে কুম্মোদুম*, হুইরেম মোতিলালগী ময়েক্তা *লাকখিনি লাকখিনি নঙগী শ্যামদো*, মণি মাইরেম্বমগী ময়েক্তা *শম্বাকে দাং লুতুংদা পুন্দুনা*, গুরুময়ুম রবীন্দ্র শর্ম্মাগী ময়েক্তা *নঙনা অদুম্না হংলবদি করি হায়না পাউখুমসিগে* মীয়ামগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈরিবা থম্মোয়দা মফম কনখ্রবা ঈশৈ ঙাক্তনি।

অনী পুন্না শকমিন্নবা ঈশৈ কয়াসু মায় পাক্লা শৈশকখ্রবা বুধনি। কোনসবা ইবোচৌনা শৈরেংবা *তাম্থোকপীগনু লৈখোঙ শংবা খোইমু... হো খঙজরে খঙজরে* বীলাশিনিগা শকমিন্নবা, বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মগী ময়েকশিং অশেম বিমলাগা শকমিন্নবা *ঐগী নুংশিবসু নঙনি... ঐগী পুন্সিসু নঙনি* (উরিরৈ মাধবী), বিমলা, যমুনাগা পুন্না শকমিন্নবা *করি হায়খিবনো... লোম্নাইদবী লৈরাং করি পাউজেল তম্মুগে* নীংশিংবা য়াই। অতোপ্পা ঈশৈ কয়াসু মায় পাক্লা সুর পানখ্রবা বুধনি।

রুপ-রাগগী লৈবাক্লিংবা ঈশৈশিং এম কে বিনোদিনিনা শৈরেংবা *সুক্লা মম্ল গুহানুংদা তুম্লিবা নোংশা পাঙ্গনবা* শমুরাইলাৎপম নিলচন্দ্রগী *পারী ইমোম শমু পাঙ্গনবশা* হিজম মেঘচন্দ্রগী ময়েক্তা *কোলোয় মিংলেন নীংথিবী য়াইফবী ইম্না মণিপুর*, অদুগা শ্যাম শর্ম্মনা শকপা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী ময়েক্তা

*নুংশিদবা নত্তে নঙবু করম্না হায়গনি* বুধনা শূর পানখিবা ঙাক্তনি। লৌখৎচরিবসি খরখক্তনি।

অহৈবম বুধগী ঈশৈগী পুন্সিবু শক খঙবা ওইনা তোঙান-তোঙানবা লুপ কয়ানা মনা অমদি শকখঙ চে কয়ান ইকায় খুম্নখ্রে, তৌবীমল উৎখ্রে। পনবা য়াবা খরদি ঃ- ত্বেন্টিফাইভ ইয়ার্স ওফ মণিপুরী সিনেমা, মণিপুর ফিল্ম দিভেলপমেন্ট কোর্পোরেসন লিমিটেড, ইম্ফালনা পীবা সার্টিফিকেট ওফ ওনর ৮-৪-১৯৯৬ (প্লেবেক সিঙ্গর), রূপ-রাগ ফোরটি ইয়ার্স এনিভর্সরি ১৯৬০-২০০০ মিল্লেনিয়মগী গুরু দক্ষিনা ৩১-৮-২০০০, অপূনবা মণিপুর মতম ঈশৈ কাংলুপ (অস্মিক)না তৌবীমল খঙবা উৎপা (৩০-৯-২০০৫), থাংমৈবন্দ এসেমব্লি কন্সটিট্যুন্সি দিভেলপমেন্ট ফোরমনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর ২০০৬-২০০৭, সিনে আর্টিষ্ট এণ্ড টেক্নিসিয়ান এসোসিয়েশননা অহুমশুবা এস এন চান্দ নীংশিং থৌরম মনা (৮-৩-২০০৭), জননেতা হিজম (হিজম ইরাবত মেমোরিএল) চেরিটি ট্রষ্টনা মৈদিংঙু ভগ্যচন্দ্র এৱার্ড (৩০-৯-২০০৮), ওল ইন্দিয়া রেডিওনা দিষ্টিংগুইস আর্টিষ্ট কেস এৱার্ড (২২-৫-২০০৮), মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা পীবা সঙ্গীত ভুষণ (১১-৫-২০০৮), দ কলচরেল ফোরম মণিপুরনা পীবা থোইবী এৱার্ড-২০০৯ (মণিপুরী মতম ঈশৈদা) অসিনচিংবনি।

শৈশকপা ওইবতা নত্তনা নব ভোলকেনোগা লোয়নননা মনিপুর হেলথ সার্বিসেসকী মখাদা এইডসকী ষ্ট্রীট কোনর্র সোদা ডাক্তরগী শক্তম লাংদুনা বুধনা শরুক য়াখি।

নীংশিংবা য়াবা অমনা ইং কুমজা ২০০৬ কী ওক্তোবর ১১ দা রূপ-রাগগী ৪৬ শুবা কুমওন্দা "অহৈবম বুধচন্দ্রগী নুমিৎ" হায়না মিংথোনবা চেফোঙ অমা পুথোকপগা লোয়নননা "*ঐগী পুন্সি নঙগা করি থোক্লে*" হায়না মিংথোনবা ঈশৈ থৌরম অমা রূপ-রাগ অমসুং থাংমৈবন্দ কন্সটিট্যুন্সি দিভেলপমেন্ট ফোরমগা লোয়নননা মীয়ামদা খূদোল তৌদুনা বুধবু ইকায় খুম্নখ্রে।

হৌজিক হৌজিক হকচাঙগী ফিভম্না ঈশৈদগী পোখাখ্রবসু মণিপুরী মতম ঈশৈগী, রূপ-রাগগী পুৱারীদা মফম কন্দুনা, শোন্নদুনা লৈহৌরগদবা অহৈবম

বুধগী লেমহৌরিবা পুন্সিগী শরুক্তি হকচাঙগী ফিভম ফগৎপগা লোয়ননা হেন্না ফগৎপা, য়াইফবা, নোংদম্বনা পীনবীবা ওইরসনু।



॥০॥

# করম্বা যুগকী ক্লাউখ্রবা অহীংদা

*- অশেম বিমলা*



নৌহৌনা অমুক শক্তাক্লুদ্রগসু মতম অমদা তাম্নাগুম্বী, কোকিলগুম্বী খোঞ্জেলনা নহারোল, অহল্লোন খাক্তনা মীপুম খৃদিংগী থম্মোয় হৃখ্রবী সনা লৈবাক ইমাগী শক্ল ায়রবী শৈশকপী অমনি অশেম বিমলা। হৌজিকসু চহীদা খজিক অহল ওইববসু য়েংবদা যাম্না নহা ওইরি। মায়থোঙ তনৌ তনৌনা মোমোন নোক্লা চীং লেপ্লি। যাম্না খীং-খীং লাউরি, ঈশৈদা চোকথবা লৈত্রি। পীথোরক্লবা খোঞ্জেল, ঈশৈগী মতীক ময়ায় পূম্বা চহীনা করিসু মাঙহনবা ঙমদ্রি। মণিপুরগী মনূং অমসুং মপান্দগী মহৈরোই কয়া মচাদা মচাগুম্না যাম্না নুংশিনা লেপ্লা লৈতনা ক্লাসিকেল অমসুং মতমগী ঈশৈ তাকপী তম্বীরি। ঈংনা

চীক্লা লৈরিবা মশাগী যূমদা ঙসিসু অয়ুক ওস্তাদগী হৌনা মায়থোঙ মকা লাম্না নুংশিরবা হার্মোনিয়মগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা নীংথিরবী শৈশক্তা অতাবা খূদিংমক্কী থম্মোয় সুল্লিবীনি। হান্নদগী ঈশৈদা ঙাওজবী ঐসু শৈশকপীগা উন্নবা চৎলুবা খূদিং ঈশৈ তম্লীংই ঈশৈ শক্লীংই, নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লগা পুন্সি লেল্লগে-কাইনা খল্লুই। নূংদুম চাগদবা ঈশাগী খোঞ্জেল মতাসি কাউথোকপমখৈ। খন্থরুরগা ঈশৈগী খোঞ্জেল, খোন্থোক পীবীরমদবা নোংদম্বু হায়ফম খঙদনা ব্রারৌকই, পিগা ওরো ওরো তারিপোৎনি। ঈশৈদা মথোঙ চাদবমখৈ ঙাওবনি ঐসু।

লৈখিদ্রবা অশেম ব্রজবিধু সিংহ অমসুং লৈখিদ্রবী ওইনাম নিঙোল অশেম ওংবী ইন্দুমুখি দেবীগী মমোম অনীগী মনুংদা অহল ওইবী বিমলা ইং কুমজা ১৯৪২ জানুৱারী তাং ২৯ শগোলশেন নুমিত্তা তাইবঙ ফাওরকখি। শক্লাযববী শৈশকপী লাইশ্রম মেমা দেবীসু বিমলাগী হেক পোকমীন্নবী মনাওনুপীনি। য়াইস্কুল হীরুহনবা লৈকায়দা লৈবা চোংথাম বিজয় সিংহগী পুন্সি খোঙলোয় ওইরিবী অশেম বিমলা মচানুপা ১, মচানুপী ৩গী অপোকপী ওইনা ঈশৈদা থৱায় হকচাঙ কখোক্লি।

শৈশকপীগী অহানবা পুন্সিগী তাঙ্কক্তা ড্রামা, জগোই, পাসখেল্লাদা হান্না মায় পাক্লা খোঙ থাংজিল্লকখি। শৈশকপীগী মাম্মা হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী শক্লায়বা লৈখিদ্রবা চোংথাম য়াইমবীনা অহানবা ঈশৈগী ওজানি। এলাংবম জয়চন্দ্র মীয়াম্না জয় ড্রামা হায়না খঙনবা ওজাসিগী লমজিং মখাদা মশাগী চহী ৭ শুরকপদা ইং ১৯৪৯দা এম. দি. ইয়ু.গী চাইল্ড আর্টিষ্ট ওইনা খোঙদারকখি। ইহান হানবা ওইনা "গ্রীহ লক্ষ্মী" হায়বা ড্রামাদা শক্তম লাংবতা নত্তনা ঈশৈশু শকখি। মথং মথং "লাইবক চাউবী", "জাপান লান", "সরৎ পূর্ণিমা", "বিরমঙ্গোল (কৃষ্ণশাবা)", "থম্বালনু", "উরিরৈ মাধবী" দা শকক য়াদুনা মীয়াম্না শকখঙপ্রবীনি। জগোইগী শক্লাইরবা ওজা ঙাংবম নিমাই সিংহগী লমজিং মখাদা মরৈবাক জগোইশাবী ওইনা আসাম অমসুং মণিপুরগা যূন্নোন্নবা লম কয়াদা কোংপাল শ্যামা অমসুং বামোন রাজোগা লোয়ননা জগোইদা শরুক য়াখ্রে। তোংব্রম খোইমুগী লমজিং মখাদা ইং ১৯৫২দা পাস খেল্লা য়াওখি। ইং ১৯৫৬দগী রুপমহল থিয়েটর ইম্ফালগী আর্টিষ্ট অমসুং প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি। "নরমেধ যজ্ঞ", "মধুমতি", "নোংদম", "খম্বা থোইবী", "সিতা" নচিংবা প্লেশিংদা শরুক য়াখি। ইম্ফাল অমসুং মণিপুরগী মফম কয়াদা ত্রিনাথ ঈশৈ শকখি।



লাইশ্রম মেময়াগা লোয়ননা অশেম বিমলা

জৱাহরলাল নেহরু ডান্স একাদেমীদগী মণিপুরী জগোই তমখি। একাডেমী অসিনা ইহান হান্না পুথোকখিবা বেল্লেট "খম্বা থোইবী" দা শরুক য়াখি। "চিত্রাঙ্গদা" অমসুং "চন্দালিকা" হায়বা বেল্লেট অনীসিদা রবীন্দ্র সঙ্গীত শকখি অমসুং শরুক য়াখি। অপোকপা ঙন্না কায়নখিবগী চৈথেং মরক্তা লাইরিক লাইশু তম্বদা নীংবা থুংফাক্ত্রবসু ইং ১৯৫৯দা রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি ৱার্ধাদগী পরিচয় উপাধি ফংখি। ইং ১৯৬৬ তা ভাটখান্দে সঙ্গীত বিদ্যাপিথ অসিমক্তদগী সঙ্গীত নিপুন পাস তৌখি। ইং ১৯৮০দা বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরি এডুকেসন মণিপুরদগী মেট্রিক পাস তৌখি।

ওল ইন্দিয়া রেডিও গুৱাহাটি, ওল ইন্দিয়া রেডিও দিল্লী অমসুং ওল ইন্দিয়া রেডিও এল্লাহাবাদতা ঈশৈ শকখ্রে। ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল লিংখৎলবদা শৈশকপী অসিনা ইহান হানবা হিন্দী এনাউন্সর ওইনা চহী অহুম থৌ পুখি। হৌজিকসু এ.আই.আব. ইম্ফালগী বি গ্রেড সিঙ্গরনি। মীয়ামগী থম্মোয়বু হুমদুনা পুখিবা শৈশকপী অসিগী ঈশৈ খরদং পল্লবদা কৃষ্ণমোহোন্না শৈরেংবা *মৈতৈ লৈমগী মপারী ঙসিদি য়াহৌরো*, বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মানা শৈরেংবা *ইমাগী কহ্নাই হৌগৎলো থেংলে মতম* অমসুং *কপ্পা কপ্পা লেল্লে পুন্সিসে*, চোংথাম সমরেন্দ্রগী ময়েক্তা *কাউরবরনে নহাকপু পূর্ণিমাগী থাবলদো* অমসুং *নিংঙাইদবা শ্যাম নঙনা ওৎলেনে ঐবু* ময়াম্না কাউঙমদ্রবা শৈশক্নি। শঙলাকপম অচৌ শর্ম্মগী ময়েক্তা *চিতাথক্কী কুন্দো পরেং পুন্সিগী অরোইবা নুংশি খুদোলনি*, এম.কে. বিনোদিনিগী ময়েক্তা *করম্বা যুগকী কাউখ্রবা অহীংদা মঙখিবা মঙগী মমিনো*, হায়রিবসি হঞ্জিন হঞ্জিন তানীংদুনতা লৈরবা মীয়াম্না খোয়দাবা শৈশকপীসিগী ঈশৈনি।

মণিপুরী ফিচর ফিল্মশিং "উরিরৈ মাধবী", "ইঙাল্লে", "থম্বাল", "ইরাল ওইরগে", "শম্বল ব্রাংমা", "যুরিদিস", "হয়েংনা কনাগীনো", "সনামানবী সনারৈ" নচিংবদা মায় পাক্লা প্লে বেক সিঙ্গর ওইখ্রে। ডাক্তর কমলগী *চাক্লিবা লাম্নৈ অথাপ্পা চীংদা মুৎচখিনি মথন্নতা* (উরিরৈ মাধবী) অমসুং বঙ্ক শম্মগী ময়েক *ঐগী থম্মোয় লকানুংদা* (উরিরৈ) মীয়াম্মা য়াম্মা পাম্লখি। ইং ১৯৬৮দগী রুপ রাগগী ঈশৈগী ওজা ওইরকখি। ইং ১৯৭০দগী গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজ, মণিপুরগী ঈশৈগী ওজা ওইরকখি। কলচরেল ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট, ইম্ফালগী এডভাইজর অমসুং চিফ ইন্সট্রক্টরনি। বালমুকুন্দ ডেব গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজ, ইম্ফালগী সেনিয়র লেকচর ওইনা থৌপুরম্বদগী ইং ২০০৯গী আগষ্টতগী থবক্তগী পোখারে অদুবু ঈশৈদগীদি পোখাদ্রি, হিংলিবমখৈ পোত্থাখিরোই হায়রি। বিমলানা তাকপী তম্বীখিবা ঈশৈগী মহৈরোই কয়াগী মরক্তসু মমিং লৈরবা শৈশকপা শৈশকপী কয়া য়াওখ্রে। হিদংময়ুম রোমা, মোইরাংথেম নিঙোল মধুবলা, শিলোৎকুমার, নবভোলকেনো, পুখ্রম্বম চন্দ্রকুমার, রোসিবীনা, উষারানি, উমোনি, স্বামীকুমার, নন্দেশ্বরী, মন্দাকিনি, শঙ্গিতা মমিং পনবা য়াই।

অশেম বিমলাগী অথন্নবা পার্ফোমেন্স কয়াসু লৈখ্রে। ইং ১৯৫৯দা কাটমন্দুদা পাঙথোকখিবা গান্ধি জয়ন্তি সেলেব্রেসন্দা কলচরেল ডেলিগেসনগী মেম্বর ওইনা শরুক য়াখি। ইং ১৯৬০দা সিমলা রাষ্ট্রপতি নিৱাসতা ভারতকী অহানবা প্রসিডেন্ট ডাক্তর রাজেন্দ্র প্রসাডকী মাঙদা ভজন শক্তুনা জগোই শাখি। ইং ১৯৬৪দা উত্তরকাশিদা পাঙথোকখিবা ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্সতা মণিপুরগী ওইনা শক্লায়রবী শৈশকপী চিত্রেশ্বরী দেবী অমসুং তবলা কিশন মহারাজগা লোয়ননা শরূক য়াখ্রে। ইং ১৯৬৯দা ইম্ফালগী পোলোগ্রাউণ্ডদা পাঙথোকখিবা ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্সতসু মণিপুরগী ওইনা শরুক য়াখিবা খয়াল শকপী নুপী মথন্তনি। ইং ১৯৭৪দা ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্সতসু শরুক য়াখি।

অশেম বিমলাগী দ্রামা, জগোই, ঈশৈগী লোৎপা য়াদ্রবা পুন্সিবু শকখঙবগা লোয়ননা মনা মথুম কয়ানা ইকায় খুম্নখ্রে। থিয়েটর সেন্টর মণিপুরনা শীনবা "ওল মণিপুর দ্রামা ফেষ্টিভেল ১৯৬০দা "মাইনু পেমচা"দা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা ফংখ্রে। ইং ১৯৮৬তা পাঙথোকখিবা "ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর শান্তিনিকেতন"গী আর্টিষ্ট এৱার্ড ফংখ্রে। "নোংপোকথোঙ শিলভর জুবিলি ক্লোজিং ফঙ্কসন ২০০৪"দা ঈশৈদা নোংপোকথোং

এক্সেলেন্সি এৱার্ড ২০০৪ ফংখ্রে। রূপমহল থিয়েটরগী "ইচাশা ইপা লম্বোইরগে"দা প্লে বেক সিঙ্গরগী এৱার্ড, জৱহরলাল নেহরু ডান্স একাদেমীনা শীনবা "মঙাসুবা ওল মণিপুর লাইট ম্যুজিক কনফরেন্স ১৯৮২-৮৩দা ঙাংবম নিমাই মেমোরিয়েল এৱার্ড ফংখ্রে। ইং ১৯৮৬তা মণিপুর রিপব্লিক ডে সেলেব্রেসন্দা মণিপুরী মতম ঈশৈদা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর আর.কে. রনবিরনা সার্টিফিকেট পীদুনা ইকায়খুম্নখ্রে। ইং ১৯৯৬ তা মণিপুর পিপলস পার্টিনা লৈবাক নীংবা ঈশৈ শকপগী শকখঙচে পীদুনা ইকায়খুম্নখি।



নৌরিবা মহেরোই কয়াদা ঈশৈগী অনৌবা মঙাল লেপ্পাইদনা পীবিবা আর্টতা ঙাওজবী শৈশকপী অশেম বিমলানা মশানা পামজবা শিনফমশিংদা করম করম্না অনৌবা খূদোল তম্লকখিবা হায়বদুদি মতমগা ইরোয়ননা ঐখোয় পূন্না ঙাইমিন্নখিবা তারি। শকউদবা মপূনসু শক্লায়রবীগী অনীংবা অপাম্বা পূম্বা মপূং ফাহনবীবগা লোয়ননা কুইনা পূন্সি নুংশাংনা পাম্বা ওইরসনু।

॥০॥

# নঙবু মীরায়জদে ঐনা, ঐবু লান্না লৌবীগনু

*- নাম্দেবম সুসিলা*

জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ঈশৈ ময়েকশিং *অপ্রাজিতা লৈখোঙদা ঐদি পুন্সি অসি লেঞ্জরগে..., উজরে লোইনা থম্মোয়গী মীৎনা..., লম্ফেল নাৱা কোম্বীরৈ হায়নবদাই লৈনুংশি..., নঙবু মীরায়জদে ঐনা, ঐবু লান্না লৌবীগনু..., মপোক অসে ইঙেল্লৈগবু চাংদম্নরসিরা...,* অয়েকপম ইরামনিগী ময়েক্তা *নীংশিংদুনা মাবু কপ্পগনু থম্মোয়...,* লৈহাউথাবম শ্যামসুন্দরগী ময়েক্তা *ইতা লৈনালক্তা লোৎসি লাউ* হায়রিবা ঈশৈশিংসিনা তারিবা মীপূম খূদিংগী থম্মোয়বু শুম্হাৎখ্রবী মতম অমগী শৈশকপী নাম্দেবম সুসিলানি।



*উজবে লোইনা থম্মোযগী মীৎনা* হাযবিবা ঈশৈসি নত্তনা মথক্তা পনখ্রিবা ঈশৈশিংসি ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালদা লাম্লোকখিবগা লোয়ননা মশাগী কেসেটস্তু ফোঙখ্রবীনি।

মপাম লমদম যাইস্কুল মোইবাংখোম শৌগাইজম লৈবক্তা লৈবিবী নান্দৈবম সুসিলা নান্দৈবম ইবোযাইমা সিংহ অমসুং চিংঙাখম নিঙোল নান্দৈবম ওংবী পদ্মমুখীগী মমোম ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৩ গী সেপ্টেম্বর ২০, নিংথৌকাবা নুমিৎতা তাইবঙদা হঙা শৈশক তম্লকখি।



ভাবতকী প্রসিডেন্টনা সুসিলাদা নেশ্রেল এরার্ড থুংশিল্লবা।

মচিন মনাও ৫ গী মনুংদা সুসিলানা খ্বাইগী অহলনি। পোকপদগী উবগী পাঙ্গল বাৎলকপা মবম্মা লাইবিক লাইশু নীংথিনা তম্বা গুল্লক্তে। ইং ১৯৭৫ দা ক্লাস আইট পাস তৌখি।

শৈশকপগী অপোকপা বাঁসি অমসুং এক্কবাজ খোংবা ওজানি। অপোকপনা লিংখৎপা কলা ভবন্দা হাবমোনিযম খোংবা তাবা অমসুং সুসিলা সেনগী বেকোর্ড তাবদগী সুসিলাসু যাম্না অঙাং ওইবিদৈদগী ঈশৈ তৌনিংলকখি। লৈখিদ্রবা লাইশ্রম গৌবহবিনা সুসিলাগী অহানবা ঈশৈগী ওজানি, মথংদা সনসম ইবোপিশক, হজাবিমযুম মধু শর্ম্ম হাযবিবা ওজা অহুমসিদগী সুসিলানা হিন্দুস্থানি সঙ্গীত নীংথিনা তমখি। নোংমাইথেম ব্রজবিধুদগী গীত গোবীন্দ তমখি। ইং ১৯৮৪ দা মণিপুব সঙ্গীত মহাবিদ্যালযদগী বিশাবদ পাস তৌখি। ইং ১৯৬৪ দগী ওল ইন্দিযা বেডিও, ইম্ফালগী বি গ্রেড শৈশকপা ওইলকই। ওদিসন যাওখিদবদগী মখা তান বেডিওগী ঈশৈ শকখিদ্রে। ইং ১৯৭৩ দগী গভর্ণমেন্ট আইদিএল ব্লাইন্দ স্কুল, তাকযেলদা ঈশৈগী ওজা ওইনা থৌ পুবক্লবী সুশিলা ইং ২০১০ ফেব্রুবাবিদগী থবক্তগী পোখাবে।

নোংথোম্বম নোংথোনগী অনীশুবী পুন্সি খোঙলোয ওইদুনা মচানুপা ১ মচানুপী ১ গী মমা ওইবিবী সুসিলাগী থম্মোযদা মনুং মতম চাদনা

তাইবঙপাল থাদোকখিবা মচানুপাগীদমক নীংঙমদবা চৈনা ফাওহৌরি। মপামদা লৈরিবী সুসিলা মরক মরক্তা মচানুপীগী য়ুমদসু লৈ। পোকপদগী উবগী পাঙ্গল ব্রাংলব্রবী সুসিলানা শোইনাইরবা মীওইশিংবু য়াম্না নুংশিজে লোয়ননা উবগী পাঙ্গল ব্রাংলবা/ ব্রাংলবীশিংগী নুংনাংবা পোকচরবী সুসিলানা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙ থাংজিন্দ্রবী, মরোমদোম হিংলিবী ব্লাইন্দ ওইবী কয়ানা পেন্সন চৎখ্রবা মতুংদা পুনফম, লৈফম ওইবা মফম অমা থম্বগা লোয়ননা ব্লাইন্দশিংগীদমক করিগুম্বা খরতা



ওইরবসু তৌনিংলি। নোংদম্বনসু সুসিলাগী নীংজবা থুংহনবীসনু।

সুসিলা তশেংনা ঈশৈবু য়াম্না পামজরকই। সঙ্গীত মন্দল লিংখৎপদসু য়াওরকই। মীৎ উদবনা মরম ওইদুনা নীংবা থুংদবা কয়া থেংনরকই। ছাত্র-ছাত্রী কয়াসু মায় পাক্লা ঈশৈ তম্বীরকই। মখোয়গী মনুংদা য়েংখোম শান্তি, খাঙেনবম মেম্মা, সুনিতা নেপ্রম, থিয়াম বসন্ত মমিং পনবা য়াই।

সুসিলাগী ঈশৈগী পুন্সিবু শকখঙবীদুনা মনা-মথুম কয়ানা ইকায় খুম্নখ্রে। পনবা য়াবা খরদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ সঙ্গীত ভুষন এৱার্দ ১৯৭৬, নিলম খুরসেড কনগা মেমোরিএল প্রাইজ ১৯৮৭, গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দয়া, মিনিষ্ট্রি ওফ ৱেলফিয়ারনা পীবা, নেস্নেল এৱার্দ ফোর দ ৱেলফ্যার ওফ হেন্দিকেপ ১৯৮৯, চৌধুরিময়ুম নব শর্ম্মানা ওর্গেনাইজ তৌবা "অরি অনৌগী লংদাইদা কাউঙমদ্রবা অদুঙৈগী আর্টিষ্টশিংদা খুদোল তমজবা ২০০৫ অমসুং ২০০৯ দা সার্টিফিকেট ওফ ওনরশিং অসিনচিংবনি।

ঈশৈগী পুন্সিদা সুসিলানা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবদি মীয়াম্না মাগী ঈশৈবু হরাওনা তাবীদুনা পূক্লিং থৌগৎপীবা অসিনি। মাগী ঈশৈগী পুন্সিবু লমজিং-লমতাক পীরকপা ওজাশিং, শৈরাংবা, শৈরেংবা পূম্নমকপু থম্মোয়নুংদা চেৎনা

ইকায খুম্নজবিবী সুসিলানি। **ময়েক্লা কৃষ্ণনি ছন্দনা রধানি হাযনা ওজা** গুরুশিংনা তাকপীবকপদু নীংশিংবগা লোযননা সুসিলানা হার্যনিংলির্বদি ঈশৈ মযেক, সুব অমসুং শৈশকপা অহুমসি যাম্না মবি লৈনৈ। ঈশ্বব অমসুং ওজা-গুরুবু ভক্তি লৈনা, ইশাদা নাপল য়াওদনা, লৈতোন শেংনা ঈশৈ শকপা তঙাইফদে। ঈশৈ হাযবসি হন্না হন্না তানিংবগী মহাও পীবা ঙম্বা অফবা মগুণ চেনবা ওইগদবনি। অহোংবা নাইবা মতমগী খোঙচৎনা পুবকপা মণিপুবী মতম ঈশৈগী খোঙচৎসু হেন্না ফবা মাযকৈবোমদা ঈশৈগী ফজবা মযেং তাদনা চঙশিলহন্নিংই, ইমুং মনুং পূন্না তামিন্নবা যাবা ঈশৈনা হেন্না হেন্না পুথোকহন্নিংই।

পোকপদগী উবগী পাঙ্গল পীবিবক্তুবসু শকউদবা মহাক্লা নুংশিববী খোঞ্জেলগী খূদোল পীবিবক্তনা মীযামগী পূক্লিং শুম্বা ঙমখ্রবী সুসিলাগী তুংগী পুন্সিদি হেন্না নুংঙাইবা, যাইফব, নীংবা থুংবা, পুন্সি নুংশাংবা ওইহনবীবসনু।

॥০॥

# খোয়ুমগুম্না শকলোৎপা, নোংথাংগুম্না চিকমাঙবা

*- অরাম্বম যমুনা*

তবলা অমসুং মীতৈ পুংয়ৈবা অপোকপা লৈখিদ্রবা এলাংবম ইবোহলগী মতুং ইন্দুনা মশাগী চহী ৭/৮ শুরকপা মতমদগী ভজন অমসুং ত্রিনাথ ঈশৈ শক্লকুবী যমুনানি। অয়ুক্তা বোরা পুরগা স্কুল কারিডৈ মতমগী ছাত্রিনি। ছাত্রি ওইরিডৈদা লাইরিক্তা থবায় কয়া চঙলক্তে। স্কুলগী পারা ফাদ্রবসু ঈশৈদি ফারকই। মপাম লমদম এলাং লৈকাই স্কুলদগী লাইরিক তম্বা হৌরকপী ঈশিং চাউবী (যমুনা) স্কুলগী পারা ফাদ্রবসু মাগী ঈশৈদা গুাওজবা মতৌদুদা স্কুলগী ওজা মঙ্গীনা ঈশৈ ওইনা শকহল্লকখি। মদুমক্তুসু মাগী ঈশৈগী পুক্নিদা ঈনোৎ হাপখি হায়না শৈশকপীনা মাগী ওজাবু ইকায় খুম্নরি।



বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মানা লাইট ম্যুজিক তম্বীরকই। রুপরাগগী শক্লাইরবা ওজাশিং পহারী, শ্যাম শর্ম্মা, যামিনিকান্তনচিংবদগী ঈশৈগী লৌশিং হেন্না তানশিল্লকই। অহল লম্মন্না যূমদা ঈশিং চাউবী হায়না কৌনবী মহাকপু রুপরাগগী ওজাশিং অসিনা যমুনা হায়না নুংশিনা মীংথোনবীখিবদগী অরাম্বম যমুনা হায়না খঙনরিবসিনি। রুপরাগ হৌদোকপদগী য়াওরকই অমসুং রুপরাগগী শক্লায়রবী শৈশকপী ওইরকই। গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদগী বিশারদ পাস তৌরকখি। চোংথাম য়াইমবীদগী হিন্দুস্থানী সঙ্গীত তম্লকখি।

পুন্সিগী অঙনবা মতমদা যমুনা ড্রামাদসু মায় পাক্লা খোঙ থাংজিল্লকখি। রুপমহলগী "নোংদম", এম ডি য়ুগী "সাবিত্রি সত্যাবান্দ"সু শরুক য়ারকখি। এরিয়ান থিয়েটরগী "য়াইথিংকোনু", "চাইবী", "শীজ লাইওইবী" দা শক্তম লাংলকখি। ড্রামাগী খোঙচত্তা শৈশকপীগী পুন্সিদা কাউঙন্নরোইদবা থৌদোক অমদি এরিয়ান থিয়েটরদা নুমিদাংদা ড্রামা শান্নগদবা নুমিৎ অমগী নুংথিলদা অপোকপগী অরোইবা য়াহিপ তানবগী মতম ওইশিল্লকখি। ড্রামা শীল্লি-লাঙলিবশিংনা ড্রামা য়ৈথোক্কে হায়বদসু অপোকপনা য়াখিদে। মচানুপীদা হায়রম্বা য়াইফ থৌজাল ওইবা ব্রাহে **"ইপাগী ইবেম্মা ইপা সুমাংদা পুথোক্কদৌরে হায়দুনা নহাক ড্রামা শান্নবা চৎতবা তৌগনু, ইপাবু নুংশিরবদি ড্রামা শান্নবা চৎলু, মায় পাক্লকউ, মদুনা ইপাগী পূক্নিংগী শান্তি ফংগদৌরিবনি"** হায়খি। অপোকপগী য়াথং ইন্দুনা চৎনিংদ চৎনিংদ থরায় নুংঙাইতনা ড্রামাদু য়াওরুরগা হল্লকপদা অপোকপগী পোৎলোয়বগী মৈরী মোংফমথক্তা চাকতুনা লৈরম্মী। যমুনাগী পুন্সিদা কাওঙমদবা থৌদোক ওইহৌরি। মতমদু মশাগী চহী ১৪/১৫দা ঙাইহরি।

যমুনাগী পলেমদি এলাংবম ওংবী পদ্মা দেবীনি। মচীন মনাও পীবা মরী নিঙোল ২গী মনুংদা যমুনানা ইতোন তোনবীনি। ইং কুমজা ১৯৪৪ জুন ৭ থাংজ নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। যমুনা হৌজিক হৌজিক শগোলবন্দ তেরা লুক্রাম লৈরক্তা অরাম্বম অরুনকুমারগী পুন্সি খোঙলোয় ওইদুনা মচানুপা ২ মচানুপী ১গী মমা ওইরি।

অরাম্বম যমুনাগী ঈশৈগী পুন্সিদা মপামদা লৈরিঙৈদা অপোকপনা য়াম্না চাউনা পূক্নিং থৌগৎপিখি, মপা ১গী থৌদাং চপ চানা লৌদুনা মচানুপীবু লমজিংলকখি। অদুগা নুপা ময়ূমদা লাক্লবা মতুংদসু মকুবোক্লা ঈশৈ নোংমাইগী পুন্সিদা য়াম্না চাউনা থৌদাং লৌবীখি। শম্না হায়রবদা পোকপদগী ঈশৈগী মতিক ময়াই লোয়নরকপী যমুনা অপোকপা অমসুং মকুবোক্কী মপান্দগী ঈশৈগী লম্বীদা

হেন্না খুমাং চাওশিল্লকখিবনি। মশাগী চহী ১৬/১৭ অদুৱাইদা ক্লাস আইট তম্লিঙৈদা যমুনা য়ূম্বাল পুন্সিদা খোঙ থাংজিল্লকখি। লুহোংবা মতুং থা অনীবোমদি ঈশৈদগী লাপথোক্লুই। অদুবু মাইক খোংবগী খোঞ্জেল তাবদা মপান্দা ফমদুনা অথেংবা অহীংদফাও ঈশৈ তাবা,



মথন্তা কপচবা মাগী মতৌদুদা মকুবোক অবাম্বম মুহিন্দ্রোনা মাবু অমুক ঈশৈরোমদা মায় ওনশিনহনখি। ঈশৈ তমহল্লি, শকহল্লি, রুপ রাগদা অমুক য়াওদুনা ঈশৈগী শৈফম কয়াদা মকুবোক্লা তুংইনবীরকখি। ঈশৈ চৎপদা মচা ফাওবা নীংথিনা যোকপা ফংলক্তে। ইমুংগী মীওইশিংনা অযাম্বা য়োকপীরকপনি। *পামজদ্রে অমুবা জাৎসে ইতা'* হায়না শৈহৌবা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মনা শৈবেংবা মীয়াম্না য়াম্না খোইদানবা ঈশৈ অসি মপুং ওইনা মকুবোক্লা হোৎনবীদুনা রেকোর্দ তৌখি। গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদা জুনিযাব লেকচরর ওইনা থবক চঙলবা মতুংদা প্রমোসন কারমদাইদা মেত্রিক পরিখা থাদোক্নুনা পাস তৌখি। মতম কুইনসু ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী শৈশকপী ওইরম্মী।

মশাগী নুংশিববা শৈশক কয়ানা মীয়ামগী থম্মোয় হূদুনা শক্তাকখ্রবী অরাম্বম যমুনানি। বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী মযেক্তা *বীদাই বীদাই হাযবনু* লাইশ্রম দেবেনগী ময়েক্তা *ওলাংথাগী শারবা নুংশাদা নঙ ঐনা ফমখি*, থোইবী দেবীগী মযেক্তা *নঙগা অমুক্তং উন্নজরবদি মহৈ য়াম্লে খল্লম্বনি পুন্সি*, মাইবম রামচরনগী ময়েক্তা, *কনাদবু তাইননি কনাদবু শাওকনি*, যোদ্ধচন্দ্র সনসমগী *ইবালবুদি লৈরে খঙজে*, উলেন মীতৈগী *ৱাবৌ চাউবা খোয়রাবা* ওইনাম বিনোদকী *উদুনতা লৈরে ৱাখলদা*, জ্ঞানেশ্বর থোকচোমগী *নুংশিগী লমদমদা চাক্লিবা লাম্মৈসে* হায়রিবা ঈশৈশিং অসি মীয়ামগী থম্মোয়দা মমি তারিবা, নাকোংদা ঙংদুনা লৈরিবা ঙাক্তনি।

অহৈবম শ্যামগা শকমিন্নবা *করিগী শাওখিবনো অদুঙৈ...., লাম্বা ফংখিদে মতমদুদা নঙনা...* খূন জয়কুমারগা শকমিন্নবা, *পোলোযদা ফংলরে*

*কাযনা মৈচাক..., থৌদু নুংগী থম্মোয...* নব ভোলকেনোগা শকমিন্নবা *তমগী ইবুং উদবা কুইবেদা..., চীংগী ইচল ঐনা কবম্না....* অসিনচিংবা ডুএট সোং কয়াসু মায পাক্লা শৈশকপ্রবীনি।


রেকোর্ডিং ষ্টুডিওদা অবাম্বম যমুনা।

ইং কুমজা ১৯৭২দা পুথোকখিবা ইহান হানবা মণিপুরী ফিচর ফিল্ম ''মতমগী মণিপুর'' দা প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি। ''শাফবী'' ফিল্মগী *খোযুমগুম্না শকলোংপা, নোংথাংগুম্না চীকমাঙবা* (শৈবেংবা কোন্সবা ইবোচৌ) মীযাম্না পাম্নবি।

''ঙকইকো নঙসে'' ফিল্মগী *পাবি চীংনুংগী হবী খোঙলক্লে তাও,* ''নিংঙোল'' ফিল্মগী *বিদাইগী কল্লবা চৈনাসে* হাযবিবা ঈশৈশিং যমুনাগী খূদোলনি। ইং কুমজা ১৯৮০দা পুথোকখিবা ''ওলাংথাগী ৱাংমদসু'' হায়নিবা ফিল্মসিদা খুমন্থেম প্রকাশকী মযেক্তা *লৈচিলগী মৈচাক নোংলীক্লা খঙবীদে* হাযনা শৈহৌবা ঈশৈসিদা মণিপুরী ফিল্ম ডিবলপমেন্ট কোর্পোবেসন লিমিটেদনা শীনবা অহানবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৮৪দা বেষ্ট ফিমেল প্লে বেক সিঙ্গর এবার্ড যমুনানা ফংখ। পনবা যাবদি ঈশৈ মযেকসিদা খুমন্থেম প্রকাশসু বেষ্ট লাবাসষ্ট এৱার্ড ফংখবনি। ১৯৯১দা মণিপুর ষ্টেটহুড দেদা সনাগী মেডল অমসুং ১৯৯৬ তা মণিপুর ফিল্ম ডিবলপমেন্ট কোর্পোবেসন লিমিটেদনা ট্রোফী অমসুং সার্টিফিকেট পীদুনা যমুনাবু ইকায খুম্নখ্রে। ইং ১৯৯৬দা এম পি পিগী ২৯শুবা ফাউণ্ডেসন দেদা ট্রোফী অমসুং সার্টিফিকেট পীদুনা শকখ ৎখ্রে।

শৈশকপী অসি হৌজিক হৌজিক যূমদা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত, লাইট ম্যুজিক, নট ঈশৈনচিংবা ছাত্র ছাত্রশিংদা তম্বীবি। ইং কুমজা ২০০৭তগী গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদগী সেনিযর লেকচরর ওইনা থবক্তগী পোথাখ্রবী যমুনানা হাযবি মদুদি হিন্দুস্থানী সঙ্গীত খঙদ্রগদি লাইট ম্যুজিক মপূং ফানা খঙবা ঙমদে। অযুক্কী, নুংথিলগী, নুমিদাংগী বাগ হাযদুনা লৈবিবনি। ওজা গুরু মশক খঙবা,

থকশি খাসি নাইবা, নাপল য়াওদবা হায়বসি শৈশকপা, শৈশকপী অমদা য়াম্না মরুওই। হৌজিক ওইরিবা চরাংনরবা তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সি মরেল অসি খজিক্তং ওইরবসু শেমদোক্নুনা অঙ্গংবা, য়াইফবা খুন্নাই অমা পুরকপদা ঈশৈনা থৌদাং খরদং ওইরবসু য়াবা ঙমগদ্রা হায়না শৈশকপিনা খল্লি।

ঈশৈনা পুন্সি ওইরিবী অরাম্বম যমুনানা ছাত্র ছাত্রি কয়া তাকপী তম্বীদুনা কুইনা শাংনা ঈশৈগী খূদোল তম্বীরকপা পুন্সি নুংশাংবা তাইবঙ শেম্বা মপুনা পীনবীসনু।

॥০॥

# অথাপ্পদা কৌরগনু লৈঙমদরে মীরমসিদা

*- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র*



নুংশিবা ঈশৈদা পূক্নিং নুংওন্দবা, অৱাবা ঈশৈদা পিবাং শিন্থদবা, থম্মোয কাযদবা কনাবু যাওবগে? ঈশৈদি মীওইবগী পুন্সিগা শাগোন্নদুনা অদুম লাক্লি। পলেমগী পিবুক্লুংদগী তাইবঙ ফাওবক্লগা তাইবঙ কুম্মৈ যাওবকপা, অবোইবা মতম্না লাকপদা মালেম লৈশাদা তিনখিবা, মীওইবগী পুন্সি তাঙ্কক কযাসু ঈশৈগা থাদোক্নবা যাদনা লৈবি। ঈশৈদি মীওইবগী থৱাযনি, পুন্সিনি, পূম্নমকনি। শৈবেংবা কযাগী ফজববা ঈশৈ মযেকপু শৈবানবা অমসুং শৈশকপা কযানা থৱায হাপ্লগা নীংথিববা ঈশৈগী শৈহেক্লা তুল্লন্বা থম্মোয কযাবু হৌদোকই, পূক্লিং যাকাযহল্লি। নিংতম পাম্বুং তানবদসু

লোইনাইদবা থৌনা পিরি। অৱা নুংঙাই পুন্সি খোঙচৎ, অহোঙবা নাইবা সমাজগী ঈচেল, পুৱারীগী ৱারী ৱাখুন কয়াবুসু লোয়নরিবা ঈশৈনি। লিলা, ড্রামা, সিনেমা ঈশৈ য়াওদবদা মপুং ফাদ্রিবনি।

মী অয়াম্বনা ঈশৈ পাম্মী অদুবু মীপূম খুদিংমক শৈশকপা, শৈশকপী ওইবদি হেক্তা য়াদে। পোকপদগী লোয়নরক্লবা নুংশিবা খোঞ্জেল হায়বসিদি শৈশক্লোয় অমদা শুকশোয় শোয়দনা য়াওদবা য়াদে। মীয়ামগী থম্মোয় হুনা, নুংওনবা খোঞ্জেলদা শৈশক্লিবশিংগী মনুংদা অমনি মোইরাংথেম টিকেন্দ্র।

চান্দম শ্যামাচরনগী ময়েক্তা *লমদা থাগী পুর্ণিমাদা খুৎকা খুৎকা পায়নদুনা* (গ্রামোফোন), *লমদম তাম্না লৈপ্লবী মঙোন্দা* (গ্রামোফোন), *অহিং কয়া কপখিবনি মৈচাক অসে খাঙবদা, নুংশিবী নঙগা কায়নখ্রবা মতুংসিদা* নিংথৌখোংজম মেধাজিৎকী ময়েক্তা *অথাপ্পদা কৌরগনু লৈঙমদরে মীরমসিদা, হো থাজমানবী নহাক্কী মায়থোঙগী* ওইনাম চন্দ্রমনিগী ময়েক্তা *ৱারৌগনুকো মেরাগী পুর্ণিমা* বি. কে. পাঞ্জি ময়ুমগী ময়েক্তা *উন্নরমদরে নুংশিবী , অহিং তাংলৌ অথেংবসিদা* থাংজম কোরাগী ময়েক্তা *অসুম্না অসুম লেনবা তারে* চনম কুঞ্জোগী ময়েক্তা *পোইরৈ তাম্না শাৎথ্রবী মীগী মচা নুংশিবী*তবানু খুরাইজমগী ময়েক্তা *নুংশিদরা ৱাখল চোইরবীসে* শৈশকপা টিকেন্দ্রগী লোয়নবী মেম্মা (পুর্ণিমা) গী ময়েক্তা *লৈচিলদা পাউখুম পীরকউ শুরনা* লৈশেম্বা তখেল্লম্বমগী ময়েক্তা *নীংশিংলি ঙসিসু নহাকপু* অরুনকুমার নোংমাইথেম্না শৈরেংবা *শক্করোই খল্লি নুংশি ঈশৈ* অসিনচিংবা ঈশৈ কয়াসিনা শৈশকপা টিকেন্দ্রবু নীংশিংহল্লি মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা।

ইং কুমজা ১৯৪৬ ফেব্রুৱারী ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎতা মোইরাংথেম ইবোপিশক অমদি মোইরাংথেম ওংবী ইবেনিগী মপারী অ[illegible] ওইনা উরিপোক খাইদেম লৈকায়দা তাইবঙ খোঙদারকখি। হিজম নিঙোল মেম্মা (পুর্ণিমা) গা পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নদুনা মচানুপা ২ মচানুপী ২ গী অপোকপা ওইরি।

তোম্বীসনা হায়স্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌরগা ওরিয়েন্টেল কলেজদগী আর্টস গ্রেজুয়েট লোইশিল্লগা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক ঈশৈদা মায় ওনশিন্দুনা লাক্লিবা টিকেন্দ্রনি। হায়স্কুল তম্লিঙৈদগী হৌনা ঈশৈগী চাংয়েং কয়াদা মনা ফংদুনা লাকখ্রবা শৈশকপা অসিগী অহানবা ঈশৈগী ওজাদি নিংথৌজম ইবোয়াইমনি। নোংমাইথেম পহারী, গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজ, রুপ রাগদা শৈদম্নকপা শৈশকপা অসি বিশারদ পার্ট ৱান পাস তৌরে। ইং

কুমজা ১৯৭২ দগী ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী শৈশকপা ওইনা ওসি ফাওবা ঈশৈগী খুদোল লেপ্পুনা তৌরল্লি, মীয়াম্মসু পাম্মা তানরি। ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী শৈশকপী খরগী ঈশৈসু শৈবানখ্রে। কাংজুজম সরজুবলাগী খোঞ্জেলদা তবানু খুরাইজমগী ময়েক্তা *তেংথাফম খুদ্রুদ্রবা থম্মোয়সে* ব্রাঙেংবম প্রেমিলাগী খোঞ্জেলদা বি কে পাঞ্জিমযুম্মা শৈরেংবা *বিদাইগী থোঙ ঞিন্দা লেপ্পুনা* বেবিগী খোঞ্জেলদা ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রোগী ময়েক্তা *কৈনরকখিনি কুইর কুইরগা ...* অসিনচিংবা ঈশৈ কয়াসি টিকেন্দ্রনা শৈবানখিবনি।


কবিতা কৃষ্ণমূর্ত্তিগা লোয়ননা মোইরাংথেম টিকেন্দ্র।।

মতম ঈশৈদা শক্লায়রবা শৈশকপা অসিগী খূদোল মণিপুরী ফিচর ফিল্মশিংদসু লৈরি। সি এস ফিল্ম প্রডক্সনগী 'জহেরা" (১৯৯৯) দা ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি। মশাগী খোঞ্জেলদা *থম্মোয়গী অক্লাদা কাযদোঙলক্ষ্মী নঙবু* অমসুং উমোনিগী খোঞ্জেলদা *ফাইরেন থাগীদি অশিং অৱাঙ্গা*, "মন্দির" ফিল্মদা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা কুমার সানুগী শৈশক্তা *ঐগী নুংশিবদি নঙনি* হাযবা মীযাম্মা পাম্মা তানখিবা ঈশৈসে মহাক্লা দাইরেক্সন তৌখি। বি এফ প্রডক্সনগী "চীংজাওগুম লেপ্লীবা থম্মোয়" দসু ম্যুজিক দাইরেক্টর অসিগী মহাও মীয়াম্মা ফংখ্রে। সেরি ফিল্মগী সেলুলোইদ ফিল্ম "লক্ষ্মীসিদা" (২০১০) শৈশকপগী তোপ তোপ্পা মহাও ওইনা ফিল্মসিগী টাইটল সোং ওইনা *তোরবান অনিগী পম্বুংনা কৈদৌঙৈনো উনগদবা* মীয়ামদা খূদোল তৌখ্রে।

শৈশকপা অসি মশাগী যুমদা ছাত্র, ছাত্রি ঈশৈ তম্বীরি, ওডিও কেসেট ফোঙনিংবা মীওইশিংদা অমাঙ- অতোং থিদনা লমজীংবীদুনা কেসেট ফোঙহনবদসু থৌদাং য়ারি।

মতম ঈশৈগী শৈশকপশিংদা টিকেন্দ্রনা হায়নিংলিবদি অখাঙ কনবা,শাওগন্দবা, লমচৎ ফজবা হায়বসিসু শৈশক্লোয় অমদা য়াম্মা দরকার ওই, ওজা গুরু মশক খঙনা, মমুৎ তানা তম্বীদুনা তুং কোয়না ঈশৈ শকপিয়ু।

অদুগা মতম ঈশৈগী মতাংদা শৈশকপনা হায়নিংলিবনা অহোংবা হায়বসি মতম মতমগীনি, হোংদবা য়ারোই, অহোংবসিদা ঐখোয় পূম্নমক য়াওরিবনি।



অদুম ওইনমক ঈশৈগী ময়েক্তা, সুরদা খরা কুইনা চৎকদবা মওংদা ঈশৈ পুথোকহন্নিংই, কর্মসিয়েল ঙাক্তদা বেজ তৌবা নত্তবা, নুংশিবা ঈশৈ পুথোকপিদুনা তুং কোইনা লৈহৌনবা মীৎয়েংসু চংহন্নীংই।

নীংবা কায়বগী অৱাবা ঈশৈতা শক্তুনা লাক্লবা শৈশকপা অসিনা তোয়না হায়বা ৱাফম অমদি নীংবা থুংদ্রবা পুন্সিসে ঈশৈশিতনা হিংহল্লিবনি, পোখাহল্লিবনি। পোকঙমদনা পোক্লবা মপোকসিসু মহাও য়াওনা হীংগদবনি, ঐদি নহাগী খোঞ্জেলদা ঈশৈ কয়া শকখিগনি, ছাত্র কয়া তাকপী তম্বীখিনি, শিদ্রিফাওবদি ঈশৈ শকখিগনি। ময়াই কাবা চিঞাক অমত্তা শীজিন্নদবা, চাবা থকপদা য়াম্না চেকশিনবা শৈশকপা অসিগী খোঞ্জেল হান্নগুম্না লৈরি। ইং কুমজা ২০০৯ ডিসেম্বরগী তারিখ অহুমদা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা লাম্থোকখিবা *নঙনদি কৈদগী খঙলুরগনি* (শৈরেংবা যোদ্ধচন্দ্র সনসম) *খঙলুদে মৈরিনি নুংশিবা* (গোমতি লৈমগী ময়েক) *ফজদরা ঙসিগী থাবলসে* (সনাতোন নিংথৌজাগী ময়েক) *নুংঙাইবা ৱাখল খনবদা* (ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রোগী ময়েক) *থেমদুনতা লাক্লি নোংজু ঈশৈসিনা* (নিকুঞ্জ অতোমগী ময়েক) *নিংখায়রবা তুংগী শম্বুল* (ইবোচৌবা খাইদেমগী ময়েক) টিকেন্দ্রগী অনৌবা ঈশৈশিংগী মহাও মীয়াম্না ফংবীখ্রে। চহীগা চান্নদনা শৈশকপা টিকেন্দ্রগী খোঞ্জেল তশেঙনা নহা ওইরি, মতম শাংনা ওইখিসনু। ঐখোয়সু পুন্না ঙাইমিন্নসি শৈশকপা অসিগী অনৌবা ঈশৈগী খূদোল কয়া মথং মথং।

॥০॥

# ঙসিগী নোংলৈ নুংশিৎসিদা ঐহাক্কী ৱাখল কদায়দনো

- *এলাংবম নেত্রজিৎ*



শগোলশেম বিলাসিনিনা শৈরেংবা *থম্মোয়সিদা অকনবা চৈনানা কয়ারক য়ৈম্বে* যোদ্ধচন্দ্র সনসমগী ময়েক্তা *ঙসিগী নোংলৈ নুংশিৎসিদা ঐহাক্কী ৱাখল কদায়দনো*, মুতুম মহেন্দ্রগী ময়েক্তা *অহীং তাংলৌ অথেংবদা*, এলাংবম নোবিনচন্দ্রগী ময়েক্তা *থাজগী মণ্ডালদা মৈশা ফাওরবা*, রাজেন্দ্র ওক্রমগী ময়েক্তা *উরম্লবা পিরাংসে*, খাইদেম বোরসিংগী ময়েক্তা *য়াইফবা ওইয়ুকো*, বীরমনি হৈস্নাম্বগী ময়েক্তা *পীরাং শিন্থৌ লেপ্তনা, কপ্লু থম্মোয় পেন্নবা*, মাইবম রামচরনগী ময়েক্তা, *ঐগী শেগায়রবা খাঙপোক্কুংদা*, হায়রিবা ঈশৈশিংসিনা মীয়ামদা



শকলোৎপা ঙমদনা শকত্তাকঙ্খবা এলাংবম নেত্রজিৎনি।

কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা লৈরিবা এলাংবম নেত্রজিৎ এলাংবম অঙৌবা অমসুং নিংথেমচাময়ুম নিঙোল এলাংবম ওংবী কেতুকীসনাগী মচা ৪গী মনুংদা ইতোন তোনবনি। ইং কুমজা ১৯৪৬কী ওক্তোবরগী তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। ইরোম নিঙোল এলাংবম ওংবী লৈপাক্লে (দময়ন্তি)গা পুন্সি খোঙলোয় ওইদুনা মচানুপা ২ মচানুপী ৩গী অপোকপা ওইরি।

কৈশামথোং এলপি স্কুলদগী লাইরিক তম্বা হৌরকপা নেত্রজিৎ ইং কুমজা ১৯৬৫দা জোনষ্টোন হায়স্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌখি। মণিপুর কলেজদা তম্বা হৌরম্লগা ইম্ফাল কলেজদগী ইং কুমজা ১৯৭১দা গ্রেজুয়েশন লৌইখি। ইডুকেসন দিপার্টমেন্ততা কেসিয়ার ওইনা থবক পুরম্লগা মথংদা পি ডব্লীউ দীদা এলডিসি ওইরম্মী, ২০০৯গী ফেব্রুৱারী থাদগী ইয়ু. ডি. সি. ওইনা থবক্তগী পোথারে।

নেত্রজিৎকী অপোকপা সনা কোনুংগী কর্তাল পায়বা শৈশকপনি, অপোকপীসু রাশেশ্বরী পালাগী ঈশৈ হনবী ওইরকই। অঙাং ওইরিবা নেত্রজিৎনা অপোকপীনা শকপা ঈশৈ মতৌ তমদুনা শক্লকই, ঈশৈ ফারকই। স্কুলগী পুন্সিদা মহাক্না তম্লকপা জোনষ্টোন হায়স্কুলগী ঈশৈগী ওজা অকোইজম ব্রজবিধুদগী ঈশৈগী লৌশিং ফংলকই। ফুরাইলাৎপম ইবোয়াইমা শর্ম্মা, আরকে সনাহল, নোংমাইথেম পহারীদগী ঈশৈগী লৌশিং হেন্না ফংলকই। গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদগী সেকেন্দ ইয়ার ফাওবা তম্লকই।


মশানা ডিজাইন তৌবা খোংদিং অনিগী পেনা খোংলিবা নেত্রজিৎ।

ঈশৈগী মতাংদা খঙনীংলকপা কয়া লাকপা লোযননা ঈশৈগী মবমদা থিজিন্নীংবগী অকনবা থিংঙমদ্রবা পূক্নিংগী ঈহুলনা ঈশৈ তম্না তোকথোক্লগা ঈশৈগী মবমদা ইবা লাইবিকশিং থিজিন্দুনা নৈনবা হৌবকখি। হিন্দুস্থানী ম্যুজিক, ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক, ফন্দামেন্তেল ওফ ম্যুজিক্কী মবমদা ঈশৈগী লাইবিকশিং খোমজিন্দুনা নৈনবকখি। ফংলকপা লৌশিং মযামদুনা মবম ওইবগা ইং কুমজা ১৯৯৯ দিসেম্বর তাবিখ ১৬তা "কংলৈ ঈশৈগী চৎন-পথাপ" অমসুং "নৈনলোল" কৌবা লাইবিক অমা বেঙ্গলি অমসুং মীতৈ মযেক্তা পূন্না ইদুনা ফোঙথ্রে। ইং কুমজা ২০০৪গী দিসেম্বর তাবিখ ২৮ দা "ৱাহৌলোল অমদি কংলৈ ঈশৈগী চৎন-পথাপ (অহানবা শরুক)" মীতৈ মযেক্তা ইদুনা ফোঙথ্রে। হৌজিকসু "ৱাহৌলোল খুৎপায" কৌবা লাইবিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবি। ২০০৬ তা খোংদিং ২গী পেনা পুথোকখ্রে (নেত্রজিৎনা দিজাইন তৌবা অদুগা মুতুম বাজেন্না শাবা) ২০০৭ দা খোংদিং ৪গী পেনা পুথোকখ্রে। (ডেবলপ তৌবা নেত্রজিৎ)।

স্কুলগী অমসুং কলেজগী পুন্সিদা ঈশৈগী চাংদম্নবা কযাদা মকোক মথং তাখ্রবা শৈশকপা অসি ইং কুমজা ১৯৬৯দা ইম্ফাল কলেজগী ম্যুজিক সেক্রেটরি ওইখি। ১৯৭২দা ওল ইন্দিযা বেদিও ইম্ফালগী ওদিসন পাস তৌদুনা ১৯৭৫দগী বেদিওগী ঈশৈ শরুকই। বি গ্রেডনি। ১৯৭৪দগী চুপথাংগী ইকজিক্যুটিব মেম্বব ওইবগা ১৯৭৬তগীদি চুমথাংগী জেনবেল সেক্রেটরি ওইনা থৌ পুরক্মী। "খম্বা খমনু" ফিল্মদা প্লেবেক সিঙ্গব ওইখ্রে। পুথোকখিদ্রবা ফিল্ম "ঈবাউখোল"দা পুখ্রম্বম চন্দ্রকুমাবগা লোযননা ম্যুজিক দাইবেক্তব ওইখ্রে। লাংমৈদোং ড্রামাটিক ইউনিযনগী ভিদিও ফিল্ম "বসন্ত ঋতু" দসু ম্যুজিক দাইবেক্তব ওইখ্রে।

## ঈশৈগী তাইবঙদা

ঈশৈদতা নত্তুনা কংলৈ নাৎ, লোল, ময়েক, লাইনিং লাইশোন্দা নেত্রজিৎনা মায় ওনশিল্লি। ২০০০ আগষ্ট ৫দা *মীৎঙম্বা* হায়না মিং ওল্লি। শৈশকপনা য়াওরম্বা অমদি য়াওরিবা লূপশিংদি—অম্মিক্কী ফাউন্দর মেম্বরনি। চুমথাংগী প্রসিদেন্ট ওইরি। সনামহী থৌগল কাংলূপকী ষ্টদি সার্কলগী এডভাইজর, সনামহী লাইনিংকোলগী ত্রেজরর ওইরি। কংলৈপাক পুৱারী লীবা অপূনলূপকী সিম্পেথাইজরনি। য়ুনিভর্সেল আর্ট এন্দ কলচরেল ওর্গনাইজেসনগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরম্মী। য়ং প্রোগ্রেসিব অমসুং এথলেটিক ক্লবকী ইকজিক্যুটিব মেম্বরনি। সনা কোনুং উত্রা শঙলেনগী য়াইস্কুল লাকপনি।

নেত্রজিৎকী ঈশৈগী পুন্সি অমসুং থবক থৌরম কয়াবু মনা মথুম কয়ানা শকথঙখ্রে। ওল মণিপুর ম্যুজিক, সিঙ্গর, লিরিক্স, কম্পিয়ার ষ্টেট এৱার্দ ১৯৭৫-১৯৯১দা শৈশকপা অমা ওইনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর, দ লিটরেচর, ড্রামা, ম্যুজিক আর্ট সেন্তরনা (১৯৭৫-৯৩) নেত্রজিৎপু নিউ ভোইস মিংথোন্দুনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর অমসুং মেমেন্টো খুদোল তৌখ্রে। চৌধুরিময়ুম নব শর্মা (চাকথেকপী নবা)না শিনবা অরি-অনৌগী সংদাইদা কাউঙমদ্রবা অদুঙৈগী আর্টিষ্টশিংদা খুদোল তমজবা ২০০৬ দা সার্টিফিকেট ওফ ওনর, ফাষ্ট কম্বাইন্দ সোসিয়েল সার্বিস কেম্প ১৯৮০দা মণিপুর ষ্টেট স্পোর্ট কাউন্সিলনা সার্টিফিকেট ওফ ওর্নব, কংলৈপাক পুৱারী লীবা অপূনলুপ কংলৈপাক্কা জুরি এৱার্দ, য়ুনাইটেদ রেলিজন্স ইনিসিয়েটিব মণিপুর কো-ওপরেটিব সার্কল, ইম্ফালনা এলাংবম মীৎঙম্বা হায়বা মীংদা সার্টিফিকেট ওফ এপ্রিসিয়েসন ২০০৬তা পীখ্রে।

মালেমদা সৈরিবা মীওইবা কাংলুপ খুদিংমক্কা মশা মশ[illegible] শক্তম [illegible]ক্লবগুম্বা ঐপোয়গীসু ইশাগী লোল, ময়েক, ঈনাৎ, ঈশৈ, ইশাগী [illegible]পাৎ, ইরলগ। ঐ[illegible]য়গী শক্তম,তাক্কদনানি হায়বসি নেত্রজিৎকী [illegible]খ[illegible]ন্নি। হায়নিংলিবদি ঐখোয়গী ওইবা ঈশৈ শকপগী য়ুম্ফম, কাঙলোন অমসুং চৎনা-পথাপ্পু পুখোম্লবা হোৎনবদা ঈশৈ শর্কাখদ্রবা নেত্রজিৎনা পেনাগী মতাংদা, ঈশৈগী মতাংদা মীয়ামদা তনখ্রবা খুদোলশিংশিগী মরাইবক ঙসিগী মীয়াম অমাদ কুংগী নীবোলশিংনা লেপ্লসনু। শকউদবা মতাক্কসু হেন্না মায় পাকপা মীৎঙম্বনা পীনবীসনু।

*য়োক্লুই চাকচনবা* কাংজম লোকেনগী *তখেল্লে খুবাম খুবাম হেক্লগা*, রাজেন্দ্র ওক্রমগী *ঐগী নাক্তা চঙলকউ, নাশোন পিক্লা হায়গে লাও* হায়রিবা ঈশৈগী শৈশকশিংদা মীয়ামগী থম্মোয় হুখ্রবা শৈশকপা নবনি।

সেগা রোড থৌদা ভাবোক লৈকায়দা নাওরেম নিঙোল লতা (ইবেহাইবী) গা পূন্সি খোঙলোয় ওইদুনা মচানুপা ৩, মচানুপী ২গী পল্থো ওইরীবা হামোম নবচন্দ্র ইং কুমজা ১৯৪৮ জানুৱারী ৭ ইরাই নুমিত্তা মালেমদা খোঙদারকখি। অপোকপগী মীংনা হামোম অমুবা অদুগা অপোকপীনা চীংশুবম নিঙোল হামোম ওংবী অঙৌবী দেবীনি। মচিন-মনাও তরুক্কী মনূংদা নবনা মঙাশুবনি। শৈশকপগী অপোকপা মীতৈ পূং য়েবনি অদুগা শৈশকপগী ইথৌ লৈখিদ্রবা হামোম শনদেন শক্লায়বা মীতৈ পূং য়েবনি। জে এন ডান্স একাদেমীদা দুহারগী লমজিংবা ওইরম্বা নট-সংকীর্ত্তনগী শক্লায়রবা দুহার লৈখিদ্রবা হামোম তোম্বাসু শৈশকপগী ইথৌ অমনি। তশেংনা পারি পুরীগী ওইনা ঈশৈ নোংমাইগী মতীক ময়াই য়াওনা পোক্লক্লবা হামোম নবনি।

ক্বাকৈথেল এল পি স্কুলদগী লাইরিক তম্বা হৌরক্লগা সি সি হায়স্কুলদা মেত্রিক পাস তৌখি, ইম্ফাল কলেজদগী গ্রেজুয়েশন লোইখি। জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটিদগী ইং ১৮৭৪ দা মণিপুরী লেঙ্গোইজ অমসুং লিটরেচরদা মাষ্টর পাস তৌখি। ইং ১৯৭৯ দগী রিগুলর লেকচরর ওইনা থবক চঙখিবনা হৌজিক মহারাজ বুদ্ধচন্দ্র কলেজদা রিডর ওইরি।

শৈশকপগী অহানবা ঈশৈগী ওজাদি শক্লায়রবা ওজা কৈশাম যামিনিকান্তনি। মোইরাংথেম পহারী, তোম্বীস্না শর্ম্মা, জয়ন্তকুমার শর্ম্ম, ফুরাইলাৎপম ইবোয়াইমনচিংবা ওজাশিংদগী ঈশৈগী লৌশিং হেন্না তানশিনখি। ইং ১৯৭৮ দগী এ আই আর ইম্ফালগী শৈশকপা ওইরক্লি, বি গ্রেডনি। এ আই আর ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপী হিদংময়ুম রোমা, ব্রাহ্মেংবম প্রেমিলা, লৈহাওথাবম প্রোর্মিলা, শাপম রিনা, কুঞ্জবীহারী শর্ম্ম, দীনেশ শর্ম্মনচিংবশিং অসি নবগী ছাত্রশিংনি। হৌজিকসু লেপ্পা লৈতনা ঈশৈ তম্বীরি। হিংলীবমখৈ তম্বীখিগদৌরি। মশাগী ওইনসু ই পি ডি রেকোর্ড ৩, এল পি ডিস্ক রেকোর্ড অমা অমসুং তোঙান তোঙানবা লোম্দা ঈশৈ কেসেট ৫০ মুক পুথোকখ্রে।

মণিপুরী ফিচর ফিল্ম অমসুং ভিডিও ফিল্মদসু অচৌবা ফিদা কনখ্রবা হামোম নবনি। "খোঞ্জেল" দা এসিসটেন্ট দাইরেক্তর ওইখি। "অমম্বসু অঙানবনি", "ইচে শখি", "লুসি", "হল্লকখিদ্রবা", "থম্মোয়নদি কৌহৌরি", "লৈম্না", "নিঙোল" নচিংবা ফিল্মশিংদা ম্যুজিক দাইবেক্তব ওইখ্রে।



হিদংমম্বুম রোমাগা লোয়ননা হামোম নব।

"নিঙোল" ফিল্মগী এম বিনোডকুমারগী ময়েক্তা অরাম্বম যমুনাগী শৈশক্তা *বীদায়গী কল্লবা চৈনাসে* অমসুং কে বি সিংহগী ময়েক্তা নবনা শকখিবা *বোম্বে, বোম্বে মিথাই, হাওবদগী হাউরবা অহাউবা* মমিং ফজনা চৎখি। "অমম্বসু অঙানবনি" ফিল্মগী বাজেন যেংকোব সুনিতা *নেপ্রমনা* শকখিবা *বসন্তগী মপাউ পুদুনা ঐবু ফাবা লাক্লে* হায়না শৈহৌবা ঈশৈশি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি। "লৈচিলদগী উরোক" "ঐগী নুংশিবসু নঙতনি", "অপাইবা লৈচিন", "থেংমল্লববা রাধামানবী" অসিনচিংবদসু ম্যুজিক দাইবেক্তব ওইখি। "লোক্তাক লেক", "মাডব মার্কেট" অমসুং "সুভাসচন্দ্র বোস" হায়রিবা ডি ডি কে দিল্লীগী ডোকুমেন্টরি ফিল্মশিংদসু ম্যুজিক দাইবেক্তব ওইখ্রে।

মনা-মথুম কয়ানা নবগী ঈশৈগী পুন্সিবু ইকায়খুম্নখ্রে। ফ্রেন্দশীপ ফোরম ওফ ইন্দিয়াগী "ভারত এক্সলেন্সি এৱার্ড (১৯৯৭), অহানবা মণিপুর ভিডিও ফিল্ম ফেষ্টিভেল (১৯৯৩) দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইবেক্তর, বেষ্ট মেল প্লেবেক সিঙ্গর, বেষ্ট আর্ট দাইরেক্তগী এৱার্ড, ফিল্ম তাইবঙ এৱার্ড (১৯৯৫-২০০০) দা সেকেণ্ড বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তর এৱার্ড, ৬শুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল (২০০৬) দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তগী এৱার্ড মমিং পনবা য়াই।

হামোম নববু শক্তাকপদা থিয়েটরগী পুন্সি য়াওদ্রবদি মপূং ফারোই। মহাক্কী অহানবা থিয়েটরগী ওজাদি শক্লায়রবা জি সি তোংব্রানি। হৌজিক এ আই আর ইম্ফালগী দ্রামাগী বি হায় আর্টিষ্ট ওইরিবা নবনা পামজনা থিয়েটরদা খোঙদারকখি। চেম্পিয়ন থিযেটর অমসুং সোসাইটি থিয়েটরগা খুৎশম্লনা দ্রামা

কয়াদা শক্তম লাংখ্রে। ওল ইণ্ডিয়া শোর্ট প্লে কম্পিটিসন, এল্লাহাবাদ ১৯৭২ দা শরুক য়াখ্রে। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শিনবা থিয়েটর ৱার্কশোপ অমসুং একাদেমী অসিমক্লা নিউ দিল্লীগা খুৎশম্নরগা শিনবা থিয়েটর ৱার্কশোপ (১৯৭৬) শরুক য়াখ্রে।



মণিপুরী লিটরেচর অমসুং কলচরদসু নবগী খুদোল লৈরি। "নুংগী খোঞ্জেল " (শৈরেং), "থিয়েটর অমসুং সমাজ" (নৈনা লাইরিক) অমসুং ডান্স ড্রামাদা "মোইরাংসা" পুথোকখ্রে। মণিপুরগী লেঙ্গোইজ অমসুং লিটরেচরগী, মণিপুরগী ফোল্কলোরগী ৱার্কশোপ কয়া শরুক য়াখ্রে, সেমিনার পেপর পুথোকখ্রে।

শৈশকপনা থৌদাং লৌখিবা অমসুং লৌরিবা লুপশিং খরা পল্লবদা "মণিপুর ভিডিও ফিল্ম মেকর এণ্ড প্রড্যুসর এসোসিয়েশন"গী ফাউণ্ডর প্রসিদেন্ট, সুরতি সঙ্গমগী সেক্রেটরি, "মণিপুর সঙ্গীত নাত্য মহাবিদ্যলয়" গী সেক্রেটরি অমসুং ভাইস প্রেসিডেন্ট, কলচরেল ফোরম মণিপুর অমশুং অম্মিককী সেক্রেটরি, "ম্যুজিকেল বেন্দ কংলৈ ওর্কেষ্ট্রা গ্রুপ" কী পারমেনেন্ট এডভাইজরগী থৌ পুখ্রে। হৌজিকসু 'অম্মিক'কী ইকজিক্যুটিব মেম্বর, "মণিপুর ফিল্ম ডিভেলবমেন্ট কোর্পোরেসন"গী মেনেজিং দাইরেক্তর (ডিপুটেসন), "কাউন্সিল ওফ হয়ার সেকেণ্ডরি ইডুকেসন, মণিপুর" গী সেক্রেটরি ওইরি।

পুন্সিসি থবকনি হায়বা উৎলিবা থৌচিল্লবা শৈশকপা অসিনা অসুম্নাসু হায়রি –"পোল্লকপদা ঈশৈগী রিডমগা লোয়নরকপা অরোইবা মতমদসু ঈশৈগা শাগোন্নরিবা মীওইবা মপোকনি। ঈশৈসি মমুৎ তানা ওজা নাইনা

তল্লগা শকহন্নীংই। অহোংবা হায়বসিসু মহৌশাগী নিয়মনি। অহোংবা খূদিংমক্কী অফবা অমসুং ফত্তবা মাইওন অনিমক লৈগনি। মণিপুরী মতম ঈশৈগী অহোংবসু অফবা মায়কৈরোমদা হেন্না নকশিন্না চৎহন্নীংই। তেনখ্রবা মিনট খরদংদা মীওইবগী থম্মোয়দা মেসেজ পীগদৌরিবা ঈশৈ ময়েক ইবা, শকপা তরাই-তরাইনা খক লৌহন্নীংদে। সুর পানবদসু ময়েক্কী মখা পোনবা য়াম্না লৈ।"

অরোয়বদা লোয়নাইদবা খূদোল কয়া থম্বীরক্কনি হায়বগী থাজবা চাউনা থল্লীবা ঈশৈদা কখোল্লবা, থিয়েটরবু পামজবা হামোম নববু শেম্বীবা মপুনা মতম চুপ্পদা থৌজানবীসনু।

||০||

# পোয়নু লৌবুক উরগা নীংশিংলক্লে নৌহৌনা

*- শগোলশেম বিশ্বরুপ*



অহোঙবা নাইবা তাইবঙগী খোঙচৎনি। মতমগী অনৌবা ঈচেলদা পূম্নমক তাউথরি। হোংলক্লিবা মতমগী ঈশৈগী খোঙচৎসিদা অরীবসু কাউঙমদনা কাম্থোকপা য়াদনা লৈরি। অরীবদা য়ূমফম থোল্লগা অনৌবগী কৈরাক থানবিবা মালেম্নি।

*নহাক কায়না মৈচাকসে করম্না কোক্কনি তাকপীয়ু*হায়না শৈহৌবা চনম কুঞ্জোগী ময়েকসিবু শৈশক্তুনা শকতাক্লকখি শৈশকপা শগোলশেম বিশ্বরুপ। *পোয়নু লৌবুক উরগা নীংশিংলক্লে নৌহৌনা লমলানবীদো তামথ্রবী*হায়না শৈহৌবা শঙলাকপম অচৌ শর্ম্মাগী ময়েকসিবু



শৈশকখিবনি মীয়ামনশু য়াম্না পাম্না তানখি। অতোপ্পা মীয়াম্না পামখিবা ঈশৈ কয়াশু লৈরি। মুতুম মুহিন্দ্রোগী ময়েক্তা *চেকপল খার কৈশুমশঙদা নুংশি বন্দি ওইদুনা* চনম কুঞ্জোগী ময়েক্তা *পামদ পামদ লৌরে বীদায় পোশ্মী নঙগী নকাদগী* কৈশাম যামিনিকান্তগী ময়েক্তা *লায়র মচা ওইরসু ভিক্ষা কোয়না চৎলসু* হায়রিবা শৈশকশিংসিনসু শৈশকপবু হেন্না শকতাকখ্রবনি।

উচিৱাদা হৌরকফম ওইরকখিবা হৌজিক্কা থাংমৈবন্দ হিজম দেৱান লৈকায়দা লৈরিবা শগোলশেম বিশ্বরুপ শগোলশেম পরিজাৎ সিংহ অমসুং তাওরেম নিঙোল শগোলশেম ওংবী নুংশিরৈগী মচা ৬কী মনুংদা খ্বাইদগী অহল ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৮ গী জনুৱারী ১৫ থাংজ নুমিত্তা তাইবঙদা খোঙদারকখি। য়াংলেম নিঙোল সুবদনিগা পুন্সি খোঙলোয় ওইনা মচানুপা ২ মচানুপী ৩গী অপোকপা ওইরি।

ময়াং ইম্ফাল হায়স্কুলদা মেট্রিক পাস তৌরগা ডি. এম. কলেজদা তমখি, মণিপুর কলেজদগী গ্রেজুয়েসন লোইখি। ইং ১৯৭০ দগী ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিদা থবক চঙবা হৌরগা মথং মথং ডিপুটি ইকজিক্যুটিব ওফিসার ওইনা থৌ পুরম্লগা ইং ২০০৯ ডিসেম্বরগী ৩১ দগী থবক্তগী পোথাখ্রে।

হায়স্কুল অমসুং কলেজগী পুন্সিদগী হৌনা ঈশৈগী চাংয়েংদা অমসুং ড্রামাগী প্লেবেক সিঙ্গর ওইনা মনা কয়া ফংখ্রবা বিশ্বরুপ ঈশৈ নোংমাইগী ইমুংদগী হৌরকখি। শৈশকপগী বাজিহল লৈখিদ্রবা শগোলশেম রাঘব নট-সংকীর্ত্তনগী শক্লায়বনি। শৈশকপগী মখুরাতোন লৈখিদ্রবা শগোলশেম য়াইস্কুল ড্রম, সিতারনচিংবা ঈশৈগী যন্ত্র কয়াবু খুৎলোয়না পায়খিবনি। অসিগুম্বা অহলশিংগী মরক্তা ঈশৈগী লম্বীদা খোঙদারকপনা ১৯৭১ দগী এ, আই, আর ইম্ফালগী শৈশকপা অমা ওইরক্লি। নহা ওইরিঙৈ মতমদা উখুল,



চুবাচান্দপুর, মোরেনচিংবদা কোয়না চত্তুনা ঈশৈ শকপ্রে। অঙাং ওইরিঙৈদগী দ্রামাদসু খোঙদারকপা বিশ্বরুপ রুপ মহলদা পাঙথোকখিবা 'ওল মণিপুর সিভিল সার্বিসেস দ্রামা কম্পিটিসন''দা অনীশুবা বেষ্ট প্লে তাখিবা ''ফানটেক শোকনাইব''দা নিংথৌগী শক্তম লৌখি। ''তাম্থা ম্যুজিকেল সেন্তর''গী শৈশকপা ওইবিঙৈদা শকখিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা বীরমনি হৈস্নামগী ময়েক্তা *কাযরবা থম্মোয়দা তাখিবা মমি* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসিসু অমনি। হৌজিক ''অম্মিক'' কী লাইফ মেম্বর ওইরি। হান্না ইকজিক্যুটিব মেম্বর ওইরম্মী। মহৈরোইশিং খরা খরা তাকপী তম্বীবা, শৈবানবা, লমজিংবা ওইবি। শৈশকপনা শৈবানখিবা থৌদাম ইবেয়াইমা চনুনা শৈরেংবা অদুগা হাওবীজম দিলিপনা শকপা মবৈবাক নীংবগী ঈশৈ *হৌদোক্লুবসি লাক্লোনে ঐখোয় মযাম চঙদুনা* হায়না শৈহৌবা অসি ইং ২০০৬ তা জে, এন, ডান্স একাদেমীদা পাঙথোকপা মবৈবাক নীংবা ঈশৈ চাংদম্নবদা অহানবা মনা ফংখি।

হান্না ওফিসকী অচৌবা থৌদাংনা ঈশৈগা খবা লাপথোক্লুবগুম তৌরুববসু হৌজিক্তি থবক্তগী পোত্থারবা বিশ্বরুপ্না হায়বি– ''মতমগী ঈশৈগী হোংলক্লিবা মচৎ অসিদা ঐখোয়দি অহল ওইরবনিনা চুৰ্শিন্নবা ৱাৎলক্লে। অদুবু মতম ঈশৈসু থাদোক্লোই, শিদ্রিফাওবা পুন্সি অসে ঈশৈদা মরুওইনা হান্নদগী পামজবকপা অমসুং খোঙদাখ্রবা মনোহরশাইবোমদনা হেন্না মায় ওনশিল্লগনি''। হৌজিকশু মীয়ামদা ঈশৈগী খূদোল কয়া তম্লিংলি।

শৈশকপগী অনীংবা অপাম্বা শকউদবা মপুনা মপূং ফাহনবীবসনু, ঐখোয়সু ঙাইমিন্নসি।

॥০॥

# নুংশিবা তম্বীবা লাকপল্লা কায়নবা মৈশা লাংনবা

*লাইশ্রম মেমা*

" ঈশৈনা ঐগী পুন্সিনি, ঈশৈ যাওদ্রবদি ঐ হিংবা ঙম্মোই" ৱাফমসি ঈ- পাউ মনিপুরনা লৌবা ইন্টরভিউ অমদা ইরমদমগী শক্লাযববী শৈশকপী লাইশ্রম মেমানা হায়খিবনি। ৱাফমসিমক লোইনাইদ্রবা ঈশৈগী খূদোল কয়া তমদুনা থবক ওইনা শেংনা উৎলিবী লাইশ্রম মেমানি।



লৈখিদ্রবা অশেম ব্রজবিধু অমদি ওইনাম নিঙোল অশেম ওংবী ইন্দুমুখিগী মমোম ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৮ গী ডিসেম্বর ২২ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। মচিন- মনাও অনিগী অতোনবিনি। মমিং লৈরবী

শৈশকপী অশেম বিমলা মেমাগা হেক পোকমিন্নবী মচেনি। কাছাড় জারিবো দা লৈবা লাইশ্রম বিদ্যাপতিগা পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নদুনা মচা ৩গী অপোকপী ওইরিবী মেমানা মনুং মতম চাদনা নোংদম্বনা মথানুংদগী মুম্বীথ্রবা মচা অনিগী কায়না মৈশা লাংহৌরবসু মচানুপা অতোম্ববু নুমিৎ থাগুম য়েংজহৌরি। হৌজিক হৌজিক্তি আইচ /৪০৩, গৌরব গেলেক্সি ফেজ-১ থানে ডিষ্ট্রিক্ট, মহারাষ্ট্রদা লৈবি। মেমাগী অহানবা ঈশৈগী ওজাদি পোকমীন্নবী মচে অশেম বিমলানি। মশাগী চহী তরুক শুরকপদগী হৌনা মচেগী তুং ইন্দুনা ঈশৈদা খোঙ থাংজিল্লকখি। মচেগা লোয়ননা পাসখেলা য়াওরকই, রুপমহলগী, এমডিয়ুগী ড্রামা যাওরকই, ত্রিনাথকী ঈশৈ শক্লকই, অঙাংগী থৌরম য়াওবকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈদা পূক্নিং লুপচরকপী শৈশকপী অসি ভাটখান্দে কলেজ ওফ হিন্দুস্থানি ম্যুজিক লক্ষ্ণৌদগী মশাগী চহী তরানিপাল শুবকপা ইং কুমজা ১৯৬৬ বিশারদ পাস তৌখি। পন্দিত জসরাজ, পন্দিত বতন ঝঁকর, জে এন নাটু, সিদেশ্বরী দেবী, ডাঃ কে. জি. গীন্দে নচিংবদগী ঈশৈগী রিছার্চ তৌখ্রে।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগী ওল ইন্ডিয়া রেডিও ইম্ফালগী শৈশকপী অমা ওইনা খোয়থুম্লরবী খোঞ্জেলনা অতাবশিংগী থম্মোয় শুমখ্রবীনি। শংলাকপম অচৌ শর্ম্মগী ময়েক্তা *হায়নৈ নঙবু লমজানি, মোইবাং য়ুমথোং খূদিংদা* , এম মেধাগী ময়েক্তা *নুংশিবা তম্বীবা লাকপরা, কায়নবা মৈশা লাংনবা* বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মগী ময়েকশিং *ঐবু অমুক্তা কৌরম্মু কৌনিংদ্রবা নচিন্না, মাঞ্জ নঙবু তাবরা হায়য়ু, থম্মোয় পাউদম তারিয়ে শানৌ* (পহারীগা শকমীন্নবা) অসিনচিংবা তারিবমখৈ পেনবা নাইদ্রবা ঈশৈ কয়া শকখি। "মৈচাক" ফিল্মগী বঙ্ক শর্ম্মগী ময়েকশিং *ৱাহং অমগী পাউখুমদা , লম্লানবনি খনখি ঐনা নঙবু উরুবা মীকুপসিদা , নুংশিবা মাগী ঈথক ঈরৈদা* (লতা মঙ্গেস্করগা শকমীন্নবা) "থব্বায়গী থব্বায়" ফিল্মগী লাইশ্রম রোমোলাগী ময়েক্তা *খোয়রাংবা হেনমল্লি তপথখোনে থম্মোয় নঙবু* । "খোঞ্জেল" ফিল্মগী *করি হায়সিগে ঐবু করি খুমসিগে, নঙগী ৱাখলদা হিংদুনা লৈজবী রাধা ঐনি শ্যাম* হায়রিবা ঈশৈশিংশু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখিবা ঙাক্তনি।

মপুরোইবগী মতুংইন্না মপানলমদা লৈখিবা মরম্না শৈশকপী অসিগী ঈশৈগী খোঙচৎশু মপানলমদা হেন্না য়াংশিন্না চৎখি। মশানা ঈশৈদা পূক্নিং লুপচনা কন্না হোৎনজবগী মথক্তা মপুরোইবনশু অতৈ অতৈ লম কয়াদা চৎপগী

খুদোংচাবা, অয়াবা পিবীবা, লমজিংবীবা কয়া অসিনগু মাগী ঈশৈগী পুন্সিবু থৱায় হাপ্তুনা লাক্লি। ইং কুমজা ১৯৬৯ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও, অহামদাবাদনা শিন্দুনা পাংথোকখিবা ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কন্‌ফরেন্সতা মেমানা হিন্দী লোন্দা ঈশৈ শকখি। ১৯৭৩ দনা ডি ডি ৱান বোম্বেদগু ঈশৈগী পার্ফোমেন্স পিখি। মনিপুরী লোন্দা নত্তনা হিন্দী, আসামি, বেঙ্গলি, ভোজপুরি, সিনহালিস নচিংবা লোলশিংদা ঈশৈ কয়া খৃদোল তৌখ্রে। মহাক্না টিভি সেরিয়েল "সুরদাস" অমশুং "মঙ্গল শুত্র" দা ঈশৈ শকখি। য়ুকে, কেনয়া, উগন্দা, তাঞ্জানিয়া, শ্রীলঙ্কানচিংবা মফমশিংদা ঈশৈগী নাইট কয়া শরুক য়াখ্রে।




ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কন্‌ফরেন্স কযাদা লোয়ননা শ্রী হৰিদাস সঙ্গীত সম্মেলন্দা শরুক য়াখ্রে। ভাবতকী মপুং ওইবা লোনশিংদা ভজন, ফোক্ক অমশুং লাইট ক্লাসিকেল সোং কয়াগু ডিস্ক রেকোর্ড অমদি কেসেট ওইনা লৈখ্রে। ভেনস ম্যুজিক কম্পেনি, মুম্বাইনা মাগী হিন্দী কেসেট *ননহে মুন্নেকি পসন্দ* অমশুং ভোজপুরিদা *চোরৱা ঘুসল ঘরমে* ফোংখি। টি- সেবিজনা মেমাগী গবৱালি গীত, রুবেন ম্যুজিক কম্পেনিনা ভজন ঈশৈ কেসেট রেকোর্ড তৌখ্রে। ইন্দিয়া বুক হাওসনা পুথোকপা ভজন কেসেট *গীত গুঞ্জন* দা সুরেস ৱাকবগু য়াওনা ঈশৈ শকখি। অহানবা ওইনা হিন্দী ফিল্ম "ডিলাৱর" দা প্লেবেক সিঙ্গব ওইখিবী শৈশকপী অসি ম্যুজিক কম্পোজর অমা ওইনসু মায় পাক্লা থৌদাং লৌরকখি। নেপালি ফিল্ম " হানসে অনসু" গী ম্যুজিক কম্পোজব, নেস্নেল স্কুল ওফ ড্রামাগী "থম্বাল" অমশুং থিয়েটব মিলব মনিপুরগী "জহেরা" গী ম্যুজিক কম্পোজর ওইখি। পম্বা য়াবদি ওল ইন্দিয়া রেডিও, গৌহাটিদা য়াম্না মমিং চৎখিবা আসামি ঈশৈ *পোরবোটোর সঙ্গোতে* মেমানা শকখিবনি।

ঈশৈদা কখোকচরিবী শৈশকপী অসিনা ইং কুমজা ১৯৭২ দা জাফিরবন্দ সঙ্গীত কলা একাদেমী, আসাম লিংখৎখি। ইং কুমজা ১৯৭৪ দা কলচরেল ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট, ইম্ফাল লিংখত্তুনা ফাউন্দর প্রিন্সিপাল ওইনা ঈশৈদা থৌদাং য়ারকখি। মহাক্না ইবা "শুর বিগ্যান" কৌবা ঈশৈ লাইরিক অসি মনিপুর গর্ভনমেন্টনা ফোঙখ্রে লোয়ননা ঈশৈগী তম্নবা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইনরি। ভাটখান্দে সঙ্গীত বিদ্যাপিথ লক্ষ্ণৌগী এক্সর্টনেল ইকজামিনর ওইনা, শুর সাগর ইন্সটিট্যুট ব্রালকেশ্বরগী প্রিন্সিপাল ওইনা থৌ পুরি। সেন্ট্রেল বোর্ড ওফ ফিল্ম সার্টিফিকেসন মুম্বাইগী পেনেল মেম্বর ওইরি।



শক্লায়রবী রমদমগী শৈশকপী অসিবু লমজনিংঙাই ওইরবা মিংথোল অমশুং মনা-মথুম কয়ানা ইকায়খুম্মখ্রে। মপুং ওইবা খরদিঃ- ইং কুমজা ১৯৭৮ দা পাঙথোকখিবা অহান্বা ওল মনিপুর লাইট ম্যুজিক কন্ফরেন্সতা মহাকপু " মেলোডি ক্যুইন", ইং কুমজা ১৯৮২ দা সুর সিঙ্গার সমসড, মুম্বাইনা "শুরমনি", ইং কুমজা ১৯৮৩ দা ডিগম্বর জ্যোন সমাজ ওফ, মনিপুরনা মহাক্কী জ্যেন ভজন্দা পেল্লদুনা "শুর সাগর" মিংথোনখ্রে, ইং কুমজা ১৯৮৩ অমশুং ১৯৯৩ দা রিপ্লবিক ডে নুমিত্তা মনিপুর ষ্টেট এৱার্ড পিদুনা ইকায়খুম্মখ্রে, ইং কুমজা ১৯৮৪ দা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফেল্লোসিফ পিখ্রে, ইং কুমজা ১৯৯৩ দা আর্ট এন্দ কলচর ডিপার্টমেন্ট মনিপুরনা অখন্নবা ষ্টেট এৱার্ড পিখ্রে।

শৈশকপী অসি হৌজিকশু ঈশৈদা পোখাবা লৈত্রি। ঈশৈগী ক্লাস লৌরি, ছাত্র কয়া তাকপি তম্বীরি, ঈশৈগী প্রোগ্রাম কয়াশু পাংথোক্লি। ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক ১শুং হিন্দুস্থানি সাস্ত্রিয় সঙ্গীতগী ফ্যুঝন ম্যুজিক শক্লি, "প্রিজনর্স ওফ পেরাডাইজ" হায়না মীংথোম্বা মপান্দা এৱার্ড য়াওরুগদবা শোর্ট ফিল্ম ১গী ঈশৈ শক্তুনা অনৌবা মশক উৎখ্রে।

মেমানা শক্লায়রবা অরিবম শ্যাম শর্ম্মাগী ফিল্ম "পারী" বু বোম্বে ফিল্ম ডিভিজন্না হায়রকপগী মতুং ইন্না হিন্দীদা ট্রান্সলেসন অমশুং দবিং তৌখ্রে। চিলড্রেন ফিল্ম সোসাইটি ওফ ইন্দিয়ানা পুথোকপা এৱার্ড ফংখ্রবা ফিল্ম "দ গোল" হায়বদুসু মনিপুরী দবিং আর্টিষ্টশিংগা লোয়ননা মনিপুরীদা ট্রান্সলেসন অমশুং দবিং তৌমিন্নখ্রে।

ইরমদমগী লৈঙাক লোয়শঙগী মীৎয়েং চীংশিল্লদুনা মেমানা মরী লৈনবা লৈঙাক লোয়শঙনা ঈশৈগী লমদা খরা হেন্না থৌদাং লৌহন্নীংবগী অপাম্বসু ফোংদোকলি। ঐখোয়গী লমদা ঈশৈগী ওইবা রিসার্চ ইন্সটিট্যুট লিংখৎপিদুনা ঈশৈগী মহৈরোয়শিংদা ঈশৈগী লৌশিং হেন্না লৈহন্নবা হোৎনবীবা, ফেল্লোসিফ পীবীবা, মমিং লৈরবা মপানলমগী ইন্সটিট্যুটশিংদা তম্বা ফংহনবা, ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কন্‌ফরেন্স কয়াদা শরুক য়াহনবীবা পামজৈ। স্কুল অমদি কলেজদা ম্যুজিক ক্লাস হাপ্পিবা তঙাইফদে খনজৈ।

হৌরক্লিবা শৈশকপা শৈশকপীশিংদা মেমানা শৈশকপী অমা ওইনা হায়নিংলিবদি ইশাগী পোকপদগী লোয়নবিরক্লবা নুংশিরবা খোঞ্জেলদু ওজা গুরুদা মমুৎ তানা তম্বীদুনা, খনাওবু মপুং ফানা ত্রেন তৌবীদুনা, ইশাগী ওইবা শৈহেক শৈদা পুথোক্তুনা ঈশৈ শকহঞ্জনীংই। য়ারিবমখৈদি শুর পাম্বদা মীগী শুর লৌবীদনা রাগগী অমদি ইনাৎকী মনুং চম্বা শৈহেক খজিক্তং ওইরবসু হাপ্পীবা পামজৈ। ইশাগী টেলেন্ট অদু ইরমদমদদা নত্তনা মালেমগী থাক্তা উথোক্লবা হোৎনবীয়ু।

অরোইবদা হায়জনিংলিবদি পাক চাউরবা, মপান নাইদ্রবা শুরগী ঈপাক্তা মশামক ছাত্রি অমনি হায়না মতম চুপ্পদা খঞ্জরিবী, লেপতনা থিজিন্দুনা, তমদুনা ঈশৈগী লমদা অচৌবা ৱাখল্লোনগা লোয়ননা চোকথবা লৈতনা চঙশিল্লক্লিবী শৈশকপী মেমানা খঞ্জবা, নিংজবা পুম্বা নোংদম্বনা থৌজানবিসনু। মীতৈলোন্দশু মহাক্কী অনৌবা ঈশৈগী খূদোল তল্লকখিসনু। ইরমদম্বু হেন্না শকতাক্লকখিসনু। ঐখোয়শু মহাক্কী অনৌবা খূদোলবু পুন্না ঙাইমিন্নরসি।।

।।০।।

# নঙসু ঐবু কাউরো, ঐসু নঙবু কাউরগে

*- অহৈবম শ্যাম*




ওইরক্কদবা পুন্সিগী অরোইবা তাঙ্ককপু খঙখিবরা হান্ননা শৈশকপা অহৈবম শ্যাম্না, পূকমেন পাওমেন্নরল্লিবরা খোঞ্জেল থোক্লা অসুম্না *নঙসু ঐবু কাউরো, ঐসু নঙবু কাউরগে* নৎত্রগা ইখিবরনে থওইনা ময়েক অসিবু মাগীদমক শৈরেংবা বি. জয়ন্তকুমার শর্মানা। অদবু করম্নদি কাউগনি থম্মোয় খুদিং খোঙ্গাং য়েহৌরিবা মহাক্কী কাউঙম্লরোইবা শৈশক কয়াসে। থৱায় য়াওদ্রবা মহাক্কী হকচাঙ পোলাংনা তিনখ্রবসু মালেম লৈশাদা মনুং মতম চাদনা, মহাক্কী শক্তম, তুমপক তুমপকপা ৱাঙাং- ৱাতা, মহাক্কী ঈশৈ পুম্নমক্তিং ঙসিসু লৈহৌরি লেংদনা মহাক্কী

ইমুং মনুং পূম্নমক্কী অমদি মীপুম খূদিংমক্কী থম্মোয়দদি। সুম্মৎখিবনি মহাক্কী খোয়থুম্নরবা ঈশৈনা নহা অহল খাক্তনা। লৈহৌরনি শৈশকপা মহাক্কী ঈশৈগী সুরদি মাঙবা নাইদনা মতম খূদিং মীপুম খূদিংগী থম্মোয়দা, কৈদৌঙৈদসু লাপথোকপা য়াররোই ঈশৈগী ফম্বাকসিদগী। মহাক কায়নবগী খাঙমদ্রবা


লতা মঙ্গেস্করগা লোয়ননা অহৈবম শ্যাম।

চৈনা খাঙহৌরিবা পূম্নমক্কী মফমদা কাউঙম্নরোইদবা মহাক্কী ঈশৈগী খূদোল কয়ানি।

সোরারেন্না শৈরেংবা *শরত ঋতু মপুংয়াই মেঙনা চংলি মেরাথা*, থাংজম কোরাগী ময়েকশিং *করি ঈশৈ শকউগে মাংদা ফম্লিবী শকখঙদবী, তত্তনা নীংশিংলি থম্মোয় অসিনা, মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্লা শেগাযবীরম্লে নঙনা, মনি মাইরেম্বমগী ময়েক্তা ধ্রুবতরাবু য়েংদুনা, খঙনদ্রিঙৈ উখি নোংমা মমাঙঙৈগী মঙখিবা মঙলান অমদা* হুইদ্রোম নোরেনগী ময়েক্তা *নঙবু অসুম নীঙশিংদুনা লৈরে*, নরেন্দ্র নিংঙোম্বগী ময়েক্তা *লৈমন চনখ্রবী লৈরাং অমগী* লৈহাউথাবম শ্যামসুন্দরগী ময়েক্তা *হো পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিঙৈ, পোত্থাফম খঙদরে* উলেন মৈতৈগী ময়েক্তা *নুংশি হৈবীনি নীংজরুবদি থম্মোয়নুংদা হু পুরম্লে নঙদি*, খাইদেম বোরসিংগী ময়েক্তা *ঙসিদি নঙবু উনা উনা ব্রাহৈ কয়া ফোংঙমদনা*, খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা *লমজা লমজা কৌগেনে নহাকপু* বঙ্ক শর্ম্মাগী ময়েক্তা *হুম হুম হুম থেম্লগে লাউ, তুম্লরোনে ঐগী লাইখিবী*চান্দম শ্যামাচরনগী ময়েক্তা *খোঙলনু চেক্লা থম্মোয় অকলাদা*হায়রিবা হন্না হন্না তানদা তানিংদুনতা লৈরবা ঈশৈ কয়াসিগা লোয়ননা ফজবা ঈশৈ কয়া খূদোল তম্লম্লবা অহৈবম শ্যামনি। মহাক্না হেন্না থব্রায় তানা শকখিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা *খঙনদ্রিঙৈ উখি নোংমা , পোত্থাফম খঙদরে, ঙসিদি নঙবু উনা উনা, নীংশিংলুনু মতমদো, নুংশি হৈবীনি নীংজরুবদি* অসিনচিংবা পনবা য়াই।

ওজাশিংগী, হৌমিন কামিন্নরকপশিংগী, মরূপ- মপিজাশিংগী,
অসিদসু নত্তনা মণিপুরী ফিল্মদা প্লে বেক সিঙ্গর অমসুং ম্যুজিক দাইরেক্টর অমা ওইনা অচৌবা খূদোল তন্নম্বগা লোয়ননা অচৌবা ফিদাসু ফংখ্রবা অহৈবম শ্যামনি। মণিপুরী ফিল্ম ঈশৈ ২০ গী মথক্তা শকখ্রে। শ্যামনা প্লে বেক সিঙ্গর ওইখিবা ফিল্ম খরদি এন এস ফিল্মগী "লমজা পরসুরাম" (১৯৭৪), "কোম্বীরৈ" (১৯৮৯), অঞ্জনা ফিল্মগী "খোঞ্জেল" (১৯৮১), এম কে ফিল্মসকী "ইঙাল্লে" (১৯৯০), পোনি ফিল্মসকী "থম্বাল" (১৯৯৩) অসিনি। ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং প্লে বেক সিঙ্গর ওইনা পুন্না শরুক য়াখিবা ফিল্মশিংনা এন এস ফিল্মসকী "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" (১৯৭৯-৮০), ই এস ফিল্মসকী "ৱাংমা- ৱাংমা" (১৯৮১) অঞ্জনা ফিল্মসকী "পাপ" (১৯৯১), "খম্বা থোইবী" (১৯৯৭), মুরি ফিল্মসকী "মৈচাক" (২০০০) অসিনি। ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা শরুক য়াখিবা ফিল্মশিংদি এন এস ফিল্মগী "হেলোই", ব্রাইট ফিল্ম অমসুং শঙ্কর ফিল্মকী "কনাগা হিংহৌনি" (১৯৯৬), শলাই ফিল্মকী "অমুবা চন্দন" (২০০১) অসিনি। নীংশিংবা য়াবা অমনা এন এস ফিল্মকী "শাফবী" (১৯৭৬) দা এসিষ্টেন্ট দাইরেক্টর অমসুং প্লে বেক সিঙ্গর ওইনা অহৈবম শ্যাম্না শরুক য়াখ্রে।

শরুক্লায়রবা শৈশকপা অহৈবম শ্যাম থাংমৈবন্দ হিজম দেৱান লৈকায়দা লৈবা অহৈবম বীরসিং অমসুং নাওরেম নিঙোল অহৈবম ওংবী অমুমচা দেবীগী মপারী অহল ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৮ গী দিসেম্বরগী তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। শ্যামনা মচিন- মনাও ৬ কী অহলনি। খোয়াথোং হায়স্কুলদগী লাইরিক তম্বা হৌবক্লগা [illegible]নষ্টোন স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি। গৌহাতি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ইং ১৯৭০ দা দি এম কলেজদগী সাইন্স গ্রেজুয়েট পাস তৌখি। ইং ১৯৭৪ দা এল. এম. এস. কলেজদা এল. এল. বি. সু তমখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈদা পূক্নিং লুপচরকপা শ্যামগী অহানবা ঈশৈগী ওজাদি ময়াম্বা অহৈবম বুধচন্দ্রনি। মথংদা অরিবম শ্যাম শর্ম্মা অমসুং নোংমাইথেম পহারিদগী ঈশৈ তমখি। ভাটখান্দে সঙ্গীত বিদ্যাপিথ লক্ষ্নৌদগী সঙ্গীত বিশারদ পাস তৌখি। ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সিদা ইডুকেসন দিপার্টমেন্ট মণিপুরনা শিনবা ইন্টর স্কুল কলচরেল মিট গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিনা শিনবা

কলেজ য়ুথ ফেষ্টিভেলনচিংবা ঈশৈগী চাংয়েংনবা কয়াদা মনা-মথুম কয়াসু ফংলকখি।

ইং কুমজা ১৯৭১-৭২ দগী ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপা অমা ওইনা ঈশৈগী খূদোল কয়া তম্লম্মী। বি হায় গ্রেডনি। ডি ডি কে, ইম্ফালগীসু শৈশকপনি। কোহিমা, দিব্রুগর, শিলচর অমসুং শিলোংগী ওল ইন্দিয়া রেডিওগী ঈশৈগী কন্সর্টশিংদা শরুক য়াখি। রুপ রাগগী মমিং লৈরবা, মপুঙ ওইবা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা শৈশকপা ওইখি। অরয়ন থিএটরগী "সনামহি কোলু য়ৈখায়বা" অমসুং "চৈতন্য মহাপ্রভু" দা করেক্তুর আর্টিশ ওইনা শরুক য়াখ্রে। বোম্বে অমসুং কলকতাদা লতা মঙ্গেস্কর, পঙ্কজ উদ্দাস অমসুং রুপকুমার রাথোডকা লোয়নননা ঈশৈগী সেদ্যুল অমসুং কন্সর্ট প্রোগ্রাম কয়াসু রেকোর্ড তৌখ্রে।



হোলসেলদা মতম খরা থবক তৌরম্লবসু পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তি ঈশৈদা কথোক্লবা শ্যামগী ঈশৈগী পুন্সিবু শকখঙবা ওইনা মনা-মথুম কয়া ইকায় খুম্নখ্রে। পনবা য়াবা খরদি ঃ-দ সনা লৈবাক ফিল্ম প্রদক্সনননা পীবা ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং প্লে বেক সিঙ্গর সার্টিফিকেট দিসেম্বর, ২০, ১৯৯২ (ভিডিও ফিল্ম লমলানবী), ইং ১৯৯৪ দা পুথোকখিবা মীহাংপা ফিল্মগী ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং এক্টর ওইনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর, এম এফ ডি সিনা ওর্গেনাইজ তৌবা "ত্বেন্টিফাইভ ইয়র্স ওফ মণিপুর সিনেমা" দ প্লেবেক সিঙ্গর ওইনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর (ইং ১৯৯৬, এপ্রিল ৯), শঙ্কর ফিল্ম অমসুং ব্রাইট ফিল্ম প্রদক্সননা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা সার্টিফিকেট ওফ ওনর (কনাগা হিংহৌনি) ইং ১৯৯৬, সেপ্টেম্বর ২৭, ই. ডি. ভিজনগী ফিল্ম তাইবঙ এৱার্ড ১৯৯৬-২০০০ দা বেষ্ট মেল প্লে বেক সিঙ্গর (মৈচাক) অমশুং এম. এফ, দি. সি. না ওর্গেনাইজ

তৌবা মঙাশুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ২০০৬ তা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর এৱার্ড (মৈচাক) অসিনচিংবনি।

পনবা য়াবা অমনা শ্যামগী ঈশৈগী খূদোল কয়াবু নীংশিংদুনা মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসন, মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক এসোসিয়েসন অমসুং সিনে আটিষ্ট এন্দ টেক্নিসিয়ন এসোসিয়েসন্না পূন্না শিন্দুনা ৱান দে মেমোরিয়েল লেকচর সেরিজ ওন অহৈবম শ্যাম ইং ২০০৫ ওক্তোবর ১৭ তা মণিপুর দ্রামাটিক য়ুনিয়নদা অমসুং দিসেম্বর ৩০, ২০০৫ দা ষ্টেট গেষ্ট হাউসতা *শুমাং খূদিং মেরা ৱা* হায়বা ঈশৈগা লোয়ননা পাঙথোকখ্রে।

কোন্সম নিঙোল অহৈবম ওংবী বিমোলতা দেবীগা পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নদুনা মচানুপী মঙা সিন্দি, পামেলি, মিনেশ্বরী, দোলি, দিমপল অমসুং মচানুপা অনী টোনি অমসুং চিত্তরঞ্জনগী অপোকপা ওইরম্বা অহৈবম শ্যাম্না শোল্লবা অপোকপা পুন্সিগী লোয়নবী, নুংশিরবা মচাশিং, ইমুং-মনুং, পূম্ন মকপু হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৯৮ দিসেম্বর ২৩, য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা কায়না ঈপাক্তা লংথবীরম্লগা অমুক হল্লক্করোইদবা লম্বীদুদা চৎখ্রে। মহাক্কী অনৌবা ঈশৈগী খূদোল লেপখ্রবসু পূম্নমক্কী থম্মোয়দা খোন্থাং য়েহৌরিবা ঈশৈশিংদি কাউঙমদনা অসুম্মক লৈহৌরগনি মণিপুরী মতম ঈশৈ অমসুং ফিল্ম ঈশৈগী তাবুনুংগী লন ওইদুনা।

॥০॥

# নুংশিদরা য়েংউ উচানগী মৈরা

- *য়াংনু গোলমৈ*

নুংশিদকো ইমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী পোইরৈ সনা লৈময়োন। ফজবা পুম্বগী হৌরকফম ওইরিবী নীংথীবা পূম্বগী তুংনফম ওইরিবী। য়েংলু য়েংলুবা খূদিংমক ফজবগী ফজবা ঙাক্তগা, নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তগা। লোইবী চীংশাং য়েংলে মনুংশি, তম্পাক লমদম য়েংলে নুংওল্লি। ঈয়াইগী লৈরাং থম্বাল, পামেলগী লৈরাং উ থম্বাল নুংশিদকো ইমা লৈনুংশি কয়াসে ইমাগী থৌগল তৌরিবা। অমত্তা ব্রাত্তেনে ইমা নঙগীদি। নপারী নমোম কয়াসু নুংশিরবা মেঙলবা শৈহেক্তগা পলেমগী নত্তীক নয়াই শৈথারি, তাইবঙ থম্মোয়বু শুক্ষংলি।



**শকখিসনু, শোনখিসনু ইমা নঙগী নুংশিবা কোলোয় মিংলেনসে অমত্তা ওইনা নুমিৎ থানা লৈরিমখে।**

নুংশিরবা ঈশৈ কয়ানা মতম অমদা মীয়ামগী থম্মোয় শুমখিবী সনা লৈবাক্কী মমোম্লোইনি য়াংনু গোলমৈ। অরাম্বম সরতনা শৈরেংবা, পহারীনা শৈবানবা *নুংশিদরা য়েংউ উচানগী মৈরা* বীরমনি হৈস্নাম্বনা শৈরেংবা পহারীনা শৈবানবা *ঙাইখিগদরা লাক্লরোইদবা মাবু* বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ময়েক্তা চান্দম গোপালনা শৈবানবা *লৈচিলগী ব্রাহং খুমখি নোংনা নুংশিরবী ইঙেন থাদা* ঈশৈ কযাসিনা মীয়ামগী থম্মোয়দা মফম কনবা ঙমখ্রবী য়াংনু গোলমৈনি। শৈরেংবা কয়াগী ঈশৈ ময়েকপু শৈবানবা কয়ানা সুর পাল্লগা মায় পাক্লা শৈশকখিবী মীয়ামগী পুক্লিং শুমখ্রবীনি। চনম কুঞ্জোগী ময়েক্তা *শকচগে প্রভু নঙগী নগুণ* শঙলাকপম অচৌ শর্ম্মাগী ময়েক্তা ওইনাম নিংথেমজাওনা শৈবানবা *শীবোই চীংগী লৈনুংশি মালেম লৈবাং পুম্বগী...* অবাম্বম সবতগী ময়েক্তা *নুংশি কুন্দো পরেংনি...* শঙলাকপম অচৌ শর্ম্মগী ময়েক্তা শগোলশেম টিজেন্দ্রনা শৈবানবা *প্রেমগী ভিখারী নঙনা...* মীয়াম্না পাম্নখিবা ঈশৈ ঙাক্তনি।

লৈখিদ্রবা ডুমপু কিলোং অমসুং লৈখিদ্রবী থংতিমহোই কোমগী মমোম ওইনা য়াংনু ইং ১৯৪৯ গী জুলাই ১৫ লৈবাকপোকপা নুমিৎতা হঙা শৈশক তম্লকখি। মচিন-মনাও নুপীদা ৫ নুপাদা ২ পুন্না তবেৎনি। কখুলোং জেবি স্কুলদগী লাইবিক তম্বা হৌরক্লগা ইবোতোনম্না হায়স্কুলদগী ক্লাস আইত পাস তৌবগা ইং ১৯৬৬কী ওক্তোবর থাদা কগুনগা গোলমৈগা পুন্সি লৈপুন শেমখি। মচানুপা ৪ মচানুপী ২গী মমা ওইবা ফংজরবসু নোংদম্বগী তায়োন্নবা নোংদমখোলনা মনুং-মতম চাদনা মচানুপা ৪ অমসুং মচানুপী অহল লৈখিদবগী অৱা চৈথেং মায়োক্লরিবীনি। মচা কায়না মৈচাক্তগী লায়না কয়ানা নাবল্লবা মপুবোইবসু ইং ১৯৯৯ গী মার্চ ৩ দা অরোইবা য়াহিপ তানখিবদা খাংঙমদ্রবা মৈশা লাংলবী শৈশকপীনি। শকউদবা মহাক্না করম্বা পুন্সিগী চাংয়েংবু তৌবিরিবা মঙোন্দা। লৈহৌরিবা নুংশিরবী অমত্তা ঙাইরবী মচানুপীদুতদি মথানুংদগী মুনবিশ্রনুকো নোংদম্বা!

য়াংনুগী অপোকপা অপোকপী অনীমক শৈশকপা শৈশকপী ওইদ্রবসু ঈশৈ নোংমাই য়াম্না পামজরকখি। খৃষ্টিয়ান ম্যুজিক নিংথিনা পাম্না শকখি। য়াংনুসু লৈশারিঙৈদা মীনা শকপা ঈশৈ, হিন্দী ফিল্ম ঈশৈ, খৃষ্টিয়ান ঈশৈ, কোম মতম ঈশৈ মুন্না তাশিল্লগা য়াম্না শক্কল্লি, হেক্তসু ফাই। ময়াম্নসু খোঞ্জেল ফৈ হাযদুনা


কোম কেসেট "জেসু লুংসেট" রেকোর্ডিং তৌরিঙৈদা য়াংনু গোলমৈ।

শকহল্লি। ওজা নাইরক্তে। ইং ১৯৬৪-৬৫ দা ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালদা কোম মতম ঈশৈ শক্লকই। মদুগী মনুংদা *নিলৈ ইনলুং সেংনা ইরিল ফাই...* হায়বসিসু অমনি। ইং ১৯৬৬ মতুং হায়বদি লুহোংলবা মতুংদগীদি কবুইগী মতম ঈশৈ (লুথন) শকপা হৌরে। *ফুইমগে অসৈনিমিক ডুই কজাংমকমৈ নজাংনখৌ* হায়বসি মানা শকখিবা কবুই ঈশৈ অমনি।

য়াংনু গোলমৈগী মণিপুরী মতম ঈশৈগী পুন্সিদা মকুবোক্কী অচৌবা থৌদাং লৈ। কৈশামথোং কবুই খুন্দা লৈবা মাগী য়ুমগী সোফা কাদা ঐগা ফমিন্নদুনা শকতাক্লবা মতমদা মানা হায়রকই— ঐগী পাবুংদো ঈশৈ য়াম্না থৱায় য়াওজবনি, মহাক লৈরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইজরমগদবা ঙসিসে। **পাবুং লৈরমদ্রবদি ঐসে মণিপুরী মতম ঈশৈগী শৈশকপী ওইরম্লোই**। পূক্লিংদা খনখি মানা পাবুং কৌরিবসিবু কনানো মীতৈদা ওংবজাংলা হায়দুনা। অদুবু হংলুবদদি ম্যুনিসিপালিটিগী কমিস্নার ওইরম্বা হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা মহাক্কী মকুবোক ডুম্বা গোলমৈ ওইরম্লে। মকুবোক্তা য়াংনুনা পাবুং কৌই। য়াংনু গোলমৈবু মণিপুরী মতম ঈশৈ শৈশকপী ওইহনখিবদি মকুবোক্লনি। অহানবা ওইনা মোইরাংখোম লোক্লাওবুংদগী হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা ওজা অপাবীনা সা রে গা মা ফজনা তমহল্লগা ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালগী ওদিসন য়াওহনখি। ইং ১৯৭৩ দা ওদিসন পাস তৌখি। মকুবোক্কী মপান্দগী ~ওইনাম নিংথেমজাও, ~ওজা যামিনিকান্ত, বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মানচিংবা ওজাশিংনা য়াংনুবু মণিপুরী মতম ঈশৈ তাকপী তম্বীখি। তবলাদা নোংথোন, বুদ্ধিনচিংবা য়াওখি। থাসিগী ঈশৈগী মতাঙদা পহারী, চান্দম গোপালনচিংবা ঈশৈগী ওজাশিংদগী লৌশিং তানখি। ওজাশিংনা থৱায় হকচাঙ য়াওনা অৱা-অনা থিদনা মাবু ঈশৈ ত[illegible]খি হায়না



নুংশিনা শোল্লি। অমত্তা পোকপা মপুরোইবনসু অয়েংপা অমত্তা পীদে। মকুবোক্না তবলা, হারমোনিয়ম, বাঁশি, ভাইওলিন, তানপুরানচিংবা লৈদুনা য়ুমদা ঈশৈ তমহনখীবনি। য়াংনুনা মৈনিং কুনবগী থা অনী ফাদ্রিখৈদা রেদিওগী ঈশৈগী প্রোগ্রাম লাকপদা অদুম লৌহল্লি। হনগে য়াদে। অপিকপা মচাশিংদুগা মানা ঈশৈ শকপা চৎনিংদদুনা খোন য়াদ্রে হায়জিল্লগা মীনম্লুবদা খোন য়াদনবা করি চাশিল্লুবনো হায়দুনা মকুবোক্না শাউনখিবা, ঙাঙনখিবা কয়ানি। ইং ১৯৭৪ দা জিএম হোলদা পাঙথোকখিবা ঈশৈ চাংদম্নবদা মকুবোক্না শীন্দুনা য়াওখি। মণিপুরী মতম ঈশৈদা সেকেন্দ, ট্রাইবকীদনা ফার্স্ট তাখি। অদুবু মকুবোক নারকপা অমসুং লৈখিদবদা রেদিওগী প্রোগ্রাম লাকপদা লৌবা ঙমদদুনা মথং মথং হনখিবদগী রেদিওগী ঈশৈ শকপা লেপখ্রে। ওদিসনগী তাঙ্গা পীরক্লুবসু মহাক্না য়াওবা ঙমখিদ্রে।

"জেসু লুংসেট" হায়না মীংথোনবা কোমগী ঈশৈ কেসেট অমা, হো ইতা নঙবু হায়না মিংথোনবা মণিপুরী মতম ঈশৈগী কেসেট অমসু মশাগী লনাই ওইনা ফোঙখ্রে। "রিংপান" হায়না মিংথোনবা কবুই লাইশোন ঈশৈ *তিংকাও রাগোং চরেকলু* ভোল্যুম ১দগী ৪ ফাওবদা শৈশকপী ওইনা য়াওখ্রে। কবুই ড্রামা "কাপুনিং" অমসুং "লুরৈ মৈপোন"গী শৈশকপী ওইখ্রে। জেলিয়ারোং ফিল্ম দিভেলবমেন্ট এসোসিয়েসন মণিপুরগী অহানবা ফিল্ম "সন যৌরুইদে" হায়বসিদা এমেলেগী মমা য়াংনুনা মায় পাক্না শাখ্রে। মতুংদসু হেক ঙল্লিবমখৈ ফিল্ম য়াওগদৌরি।

য়াংনু গোলমৈগী ঈশৈগী পুন্সিবু শকখঙবীদুনা মোমেন্টো অমসুং শকখঙচে পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। ইং ২০০৬ জুনগী ৩০ দা ভৈগ্যচন্দ্র ওপন এয়র থিয়েটরদা পাঙথোকখিবা *দ রিদম ওফ লাইফ* হায়বা রনবীর যৌনাগী

ঈশৈগী নাইট অদুদা শৈশকপী অমা ওইনা মোমেন্টো পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। ইং ২০০৮গী আগষ্ট ৯দগী ১১ ফাওবদা চথখিবা চীং-তম অপূনবা শৈশক লুপ মণিপুরনা শিনবা "য়েলহৌমীশিংগী লৈবাক নীংবা ঈশৈ শৈদান্নবদসু মোমেন্টো পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। জেলিয়ারোং ফিল্ম দিভেলবমেন্ট এসোসিয়েশন মণিপুরনা শিনবা অহানবা আর্ট এন্দ কলচরেল দিষ্ট্রিব্যুসন সেরেমোনি ২০০৯ দসু মোমেন্টো পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে।

শৈশকপীনা হায়রি— ঈশৈ শকপী, জগোয় শাবী, দ্রামা সিনেমা, য়াওবী নুপীশিংদা থায়না মীয়াম্না য়েংলম্বা মীৎয়েংগা হৌজিক্কদি য়াম্না খেন্নরে। থায়নদি নোক্লবীবনা য়াম্মী, হৌজিক্তি মীয়ামগী মীৎয়েং হোংলে, পূক্লিং থৌগৎনরে। ঈশানা থব্রায় য়াওনা, লমখাংদা মাঙহন্দনা হোংনরবদি মিংচৎসু ফংবা য়াবা, হীংবসু য়ারবা য়াম্না লেন্নবা শিনফম ঙাক্তনি। অদুবু হায়রিবা শিনফমশিংসি তরাই তরাইনা লৌবা, খনবদি য়াদে। অদুগা হৌজিক্কী চরাংনরবা মণিপুরগী ফিভমশিদা শৈশকপীনা হায়রিবদি ইরাং হায়বসি মতমগী মতুংইন্না হেক্তা লাকই, মালেমগী অতৈ মফমদসু থোক্লবিবসিনি। অদুবু মীয়াম্না অরানবা তোকঙা শন্দোকতনা, ভাব তাননা, চীং-তম জাৎ-বীজাৎ হায়বা খায়দনা নুংশি-চান্ননা ঈংনা চীক্লা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা পামজে।

হৌখিবা পুন্সিদা মপুরোইবা, মচা মতমচাদনা কায়না মৈশা লাংখ্রবী, মনিং তম্না ঈশৈ শকপা ফংখিদ্রবী শৈশকপী য়াংনু গোলমৈগী লেমহৌরিবা তুংগী পুন্সিদি নুংঙাইবা, য়াইফবা, চাওখৎপতা তিংকাও রাগ্বংনা পীনবীবা ওইরসনু।

॥০॥

# ইমাগী মমৌ ঐহাকপু থাজৌ

- *খুন জয়কুমার*



মণিপুরী মতম ঈশৈ, ফিল্ম ঈশৈ অমদি ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী রেডিও প্লে কয়া শৈশকখ্রবা, মীপুম খূদিংগী থম্মোয়বু শুমখ্রবা, রুপ রাগগীসু মমিং লৈরবা শৈশকপা খুন্দ্রাকপম জয়কুমারনি। মীযাম্নদি খুন জয় হাযনসু খঙনৈ।

ক্বাকৈথেল মোইরাং পুরেল লৈকায়দা খুন্দ্রাকপম গুলামচাং অমসুং লাইশ্রম নিঙোল খুন্দ্রাকপম ওংবী নুপীমচাগী মপাবী ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৯গী ডিসেম্বর ১৫ শগোলশেল নুমিত্তা তাইবঙ খোঙদারকখি। মচিন- মনাও মাপলগী মনুংদা জয়কুমারনা মঙাশুবনি।

ক্বাকৈথেল এলপি স্কুলদগী লাইরিক তম্বা হৌরক্লগা রামলালপাল হায়স্কুলদগী মেট্রিকুলেট পাস তৌখি। ইম্ফাল কলেজদগী আর্টস গ্রেজুয়েসন লোইশিনখি।

মণিপুর রুরেল ৱিমিন এন্দ চাইল্ড দিভলপমেন্টদা কেজুয়েল আর্টিষ্ট কম ম্যুজিক ইন্সট্রক্তর ওইনা থৌ পুরম্মী। ইন্দষ্ট্রিয়েল ট্রেনিং ইন্সটিট্যুত্তা লাইয়েকপা ওইরম্মী। মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসনগী জেনরেল মেনেজরসু ওইরম্মী।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক মচে ইবেম্মা শৈশকপী তম্ফা দেবীগী তুংইন্দুনা ঈশৈগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা হৌরকখি। ইং কুমজা ১৯৬৫ দা রামলালপাল হায়স্কুলদা ক্লাস সভেন তম্বা মতমদা মণিপুর ইজুকেসন দিপার্টমেন্টনা শিন্দুনা পাঙথোকখিবা "ওল মণিপুর ইন্টর স্কুল কলচরেল মিট" তা মচে তম্ফানা শকখিবা শঞ্জেনবম নদিয়ানা ইবা অকোয়জম জয়কুমারনা শৈবানবা *মেরা থাগী সনারৈ, সনা মচু মানবী লৈ* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসি শকপদা জুনিয়র কেটেগোবিদা অহানবা মনা ফংখি। ইং কুমজা ১৯৬৭ তা পাঙথোকখিবা "ওল মণিপুর ইন্টর স্কুল কলচরেল মিট" তসু মচেনা শিনবীদুনা সেনিয়র কেটাগোরিদা অমুক য়াওখি। মদুদা অহৈবম বুধচন্দ্রনা তম্বীবা *থম্মোয়গী মীরবা খোঞ্জেলনা কৌরি ঐবু তত্তনা* ওজা রবীন্দ্রনা তম্বীবা রবীন্দ্র সঙ্গীত *য়াউশংগী নৌনা নুংঙাইবদা ঈশৈসে লেংজরে ছন্দ ছন্দদা* ওজা লাকপতিনা তম্বীবা *হরি কাউগনু পূক্নিং লাংতক্লবা কান্নরোই* হায়না শৈহৌবা ঈশৈ অহুম্মক শকপদা অহানবা মনা ফংদুনা চেম্পিয়ন ওইখি।

জয়কুমারগী অহানবা ঈশৈগী ওজাদি অহৈবম বুধচন্দ্রনি, মথংদা অবিবম শ্যাম শর্ম্মাদগী ঈশৈ তম্লকই। গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদগী সেকেণ্ড ইয়ার পাস তৌখ্রে।

ওজা বুধনা লুচিংদুনা আগষ্ট ১৩ খুদিংগী ফৈদাপুংদা (শহিড মিনার) লাইশোন ঈশৈ, লৈবাক্লীংবা ঈশৈ শকপদা খুন জয়সু য়াওরকই। রুপ রাগগী মপুং ওইবা, মীয়াম্মসু য়াম্না পামজবা শৈশকপা অমা ওইনা জয়কুমারনা মশিং থিঙমদ্রবা ঈশৈগী খুদোল কয়া লৈবাক্লীংবা ঈশৈদা, মণিপুরগী মতম ঈশৈদা,




ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী রেডিও প্লেশিংদা, মণিপুরী ফিল্মশিংদা মায় পাক্লা তমখ্রে।

লৈবাক্লীংবা ঈশৈ খবা লৌখৎলবদা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী ময়েক্তা *হোইলে হৌ, চাইখরে ঙসি নঙগী লবুক্তা নচাশিংগী ঈখেংনা*, চিংশুবম অকাবগী ময়েক্তা *থোবক্লো থোরক্লো ইমানা কৌবে*, গুরুময়ুম জয়কুমারগী ময়েক্তা *পাগী পারম থিকসি, পুগী পুবম যাৎলুসি*, কে অইচ জাপানগী ময়েক্তা *চীংদনা চীংমী মশেল, তমদনা তম্মী মশেল*, নাওবেম ওংবী বিলাসিনিগী ময়েক্তা *শিঙ্খিবা অঙাংবা ঈখেং কনা মশুং লাংগীনো* অসিনচিংবা কযা কয়ানি মহাক্লা শৈশর্কখিবা।

ডিস্ক বেকোর্ড ওইনা লৈখ্রবা জযকুমাবগী মতমগী ঈশৈ খবা পঞ্জববদা আব কে নোকুলসনাগী ময়েক্ত *লোন্না লোন্না হুমদুনা*, বঙ্ক শম্মাগী মযেক্তা *ফজবী, শকহেনবী নুংশি শক্তম পুবী*, মনি মাইরেম্বমগী ময়েক্তা *ঐ তুল্লুবমাল্লে মাগী রাখল খন্না খন্না* অমসুং *ইপাম লমদম লমনুংশি নুংশি মাযকৈ মহৌবে* (নব ভোলকেনোগা শকমিন্নবা), সোরারেনগী ময়েক্তা *নীংথিবী রাজগী মায়থোংদা করিগী অমুবা মায়হিংনো*, শগোলশেম ইন্দ্রকুমাবগী ময়েক্তা *পোলোইদা ফংলরে খাযনা মৈচাক*, (যমুনাগা পুন্না শকমিন্নবা) মাইবম রামচরনগী ময়েক্তা *নুংশি মৈনা চাক্লে ঐদি পাম্মু রাখলনা ঙাওরে* (নব ভোলকেনোগা শকপা) ইমো মৈতৈগী ময়েক্তা *নুংশিবা হুনি ঐনা হান্না খঙলম্লবা* কুলেশ্বর খাঙেনবমগী ময়েক্তা *কুমগী নোংজু লাকপদা নিংখায়রবা তোবর্বান্দা হৌরিবা* বি এস হিদংগী ময়েক্তা *কায়নরমদাই নুংশিবা কোচি থাংবা হৌরক্লে* (লক্সমি অমসুং খুন জয়গী নাইতোম খোঞ্জেলদা), সরত

অরাম্বম্মা ইবা *হৈবোক চীংশাং মমিং কাউরে*, হাওবম চাউবনা ইবা *ঈনে ঈনে ঈনে মাগী মপাউ পুরকপরা*, মনি মাইরেম্বমগী ময়েক্তা *হো মংলম্বা নোং করিগী চুরক্লি*, নন্দলাল রোইগী ময়েক্তা *নঙবু নুংশিবমক্তা, পামজবমক্তা, নীংজবমক্তা* অসিনচিংবা কয়ানি।

ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী রেডিও প্লে কয়াদসু জয়না শক্তম লাংবগা লোয়ননা শৈশকপা ওইখি। পনবা য়াবা খরদি জি. সি. তোংব্রানা ইবা "ঙবোং খাউ" দা তঙাং তোমালোগী শক্তম লাংখি। মদুদা মহাক্না শকখিবা *থম্মা খেঞ্জোংনা পোঙজৈ, থম্বালনা পোল্লি পুম্বুম* শগোলশেম ইন্দ্রকুমারনা ইবা "হীংনিংদ্রে ঐদি মোৎলবা সমাজসিদা" (নিরুপমা হায়না কোন্না ফিল্ম ওনখিবা) *কদায়দনো ঐগী ইয়ুম্বো, ঐগীদি ইয়ুম লৈজদেনে অমসুং কনা লৈতে ঐগী তাইবঙসিদা*, মোইরাংথেম ইনাওনা ইবা "অশি হৈবোং" দা *উন্নরবে, উন্নররে, উন্নররে মফমসিদা* মোইরাংথেম প্রিয়োব্রত্তগী "সংস্কারগী মৈরী" দা *হো ইমা হল্লকখো* জি.সি. তোংব্রাগী "যুরিদিস" তা *যুরিদিস থোরক্লো লাক্লো হল্লকলো*, অবাম্বম সমবেন্দ্রগী "য়েন্নীংথাগী ঈশৈ" দা *মুখৎলে ঐনা নঙগী শক্তমসে হন্না হন্না ....* অসিনচিংবা নুংশিরবা, কাউঙমদ্রবা ঈশৈগী খোম্থাং মীয়ামগী থম্মোযদা নিলহৌরি।

খুন জয়কুমারনা প্লে বেক সিঙ্গর ওইখিবা মণিপুরী ফিল্ম খবদি এন. এস. ফিল্মসগী "লমজা পরশুরাম" (১৯৭৪), "শাফবী" (১৯৭৫), "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" (১৯৮০) "কোম্বীরৈ" (১৯৮৯), এক্স সাইন প্রডক্সনগী "শম্বল ৱাংমা" (১৯৯৩), শঙ্কব ফিল্ম প্রডক্সনগী "মৈচাক মৈচাক" (১৯৯১), "অরোইবা বিদায়" (২০০০), "নোংজু অহীং (২০02), "কৃষ্ণ অল্লাহ জিসু" অসিনচিংবনি।

লমজা পরশুরাম ফিল্মগী খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা *ইমাগী মমৌ ঐহাকপু থাজৌ* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসিগা লোয়ননা কমলাগা শকমিন্নবা *ঙাওরেহে ঐদি শুমহৎলে নঙনা* হায়রিবা ঈশৈশিংসিনা জয়কুমারবু মীয়ামদা চাউনা শক্তাকখি। শাফবী ফিল্মগী গুরুময়ুম জয়কুমারগী ময়েক্তা *ঐদি পাখং শরিনি, তালোয় ত্রুইন তমজদ্রি*, "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" ফিল্মগী খুরাইজম ফুলেন্দ্রগী ময়েক্তা হো মচু তরেৎনা য়েক্লিবা মমি নহাক্কী ঐগী, "কোম্বীরৈ"

ফিল্মগী কোঙবা ইবোচৌগী ময়েক্তা *কোম্বীরৈ য়ারল পাংকী কোম্বীরৈ* (কমলাগা শকমিন্নবা), *নুজা নঙবু নুংশিরুবা* (কমলাগা শক মিন্নবা), "মৈচাক-মৈচাক" ফিল্মগী রাজমনি



খুনজাম্বগী ময়েক্তা *চৎলে ঐদি ইথন্তা, থম্মোয়দা মৈচাক পুদুনা,* পুথোকখিদ্রবা ফিল্ম "উরিরৈ-মাধবী" দা বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী ময়েক্তা *থরায়গী মবেম্মা নুংশি নোংদম ওইবী* (যমুনাগা শকমিন্নবা), "কৃষ্ণ অল্লাহ্ জিসু" ফিল্মগী সনাতোন নিংথৌজাগী ময়েক্তা *হায়নিংবা কয়াসু হায়জবা ঙমদ* অসিনচিংবা য়ামখ্রবা ফিল্ম ঈশৈশিংদসু জয়কুমারগী শৈহেক্কী মহাও মীয়াম্না ফংনখ্রে।

মণিপুরী ফিল্ম কয়াদা মায় পাক্না ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইখ্রে। এক্স-সাইন প্রডক্সনগী এম কে বিনোদিনিনা ইবা "ইমাগী নিংথেম" (১৯৮১) অমসুং "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" (১৯৮০) অহৈবম শ্যাম শর্ম্মাগা লোয়ননা, "শম্বল ৱাংমা" (১৯৯৩) অমসুং "অরোইবা বিদায়" (২০০২), "ইঙাল্লে", "পাউখুম অমা", "নোংজু অহিং", "কৃষ্ণ অল্লাহ যীশু" অসিনচিংবদা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইখ্রে।

এলবমগী ঈশৈ কয়াসু শকখি। মদুগী মনুংদা নোরেল মৈতৈগী ময়েক্তা *ক-ক-ক কদায় চৎতোয়নো, ন-ন-ন নতুং ইল্লক্কে* মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি।

হায়স্কুল তম্লিঙৈদা মাগী মরূপ উলেন মীতৈগী ময়েক *খোংলো বীনা থম্মোয়গী বীনা, নুংশিবা শুরদা নুংশিবা ঈশৈ* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসি পুন্সিগী অহানবা ওইনা শুর পান্দুনা শকখ্রবা জয়কুমারনা শৈশকপা শৈশকপী কয়াগী ঈশৈগী শুর পানখি।

মণিপুর ফিল্ম কয়াদা, রেডিও প্লে কয়াদা মায় পাক্লা শক্তম লাংখ্রবা শৈশকপ অসি লাইয়েকপসু য়াম্না হৈ। পেস্তিংদা ষ্টেট এৱার্ড কয়াসু ফংখ্রে। মহাক্কী তোঙান তোঙানবা থবক কয়াসিবু শক খঙবীদুনা মনা মথুম কয়া পিদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। মপুং ওইবা খরদং পল্লবদা- মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শিনবা "ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল ১৯৮৬ তা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর এৱার্ড (ড্রামা "পুকচেল"), এম এফ ডি সিনা শিনবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৮৪ দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তর এৱার্ড (ফিল্ম "ইমাগী নিংথেম"), এম এফ ডি সিনা শিনবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৯৪ দা বেষ্ট এক্টর এৱার্ড (ফিল্ম শম্বল ৱাংমা), এম এফ ডি সিনা শিনবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৯৯ দা বেষ্ট প্লে বেক সিঙ্গর এৱার্ড (ফিল্ম মৈচাক মৈচাক) অসিনচিংবা।

মণিপুরী ঈশৈগী ফম্বাক্তা অসুক চাউনা ঈশৈগী খুদোল তৌবীখ্রবা শৈশকপা অসিগী খোঞ্জেল ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপা ওইনা দিস্ক রেকোর্ড লাম্থোরকপদা য়াওদবগী নুংঙাইতবসু ফাওনরি।

শৈশকপা অসিনা ঈশৈ ময়েক্কী মতাংদা অসুম্না হায় হৌজিক মতমগী ঈশৈ ময়েকশিং অসি খরা হেন্না লিরিকেল ওইবা, খরা হেন্না ফজবা, ৱাহৈ ৱাতাদা অচোপ অরেম খরা খজিকসু খায়বা ওইহঞ্জনিংই। ফজদে হায়জবদি নত্তে হেন্না ফজহন্নীংবগী ৱানি।

ইরমদমগী শক্লায়রবা শৈশকপা জয়কুমারগী তুংগী পুন্সিদা অনা- অয়েক য়াওদনা পুন্সি নুংশাংনা পানবা, অয়েৎ- অপন লৈতনা মীয়ামদা ঈশৈগী খূদোল মখা তানা তম্বা ঙমহনবীনবা শকউদবা নোংদম্বগী মফমদা থৌনিজরি।

॥০॥

# চীংদা লাম্মৈ চাকপা নত্তে, ঐগী থম্মোয়দা চাকপনি

*- নব ভোলকেনো*



মীংগা খোঞ্জেলগা চনবা, অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা মীগী থম্মোয়বু শুম্বা ওম্বা, হমাং তাবমখে চোংদুনা, ডান্স তৌদুনা ঈশৈ শকপদা য়াম্না পকচবা নব ভোলকেনোনি। নম্ব অহল খাক্তনা অৱাবা পুমকাউ হেক কাউহনবমখে, অহৌবা খুবাক মখোল মরক্তা অয়েংবশিংদা, অতাবশিংদা, ঈশৈগী তোপ- তোপ্পা মহাও অমা পীবা ওম্বা মণিপুরী মতম ঈশৈ শৈশকপনি নব। ষ্টেজদা মহাক্কী ঈশৈগী পার্ফোমেন্স অদু য়েংলুরগা ময়ূমদসু ঈশৈ শকপদা তৌবা অদুম্মাইনা চোং ফন্দুনা ডান্স তৌদুনা লৈরমগদ্রা খনখিবনি। অদুবু শৈশকপগী য়ূমদা চৎলুবা মতমদদি ঐনা খনবগী ওন্ন- তৈনবদা য়াম্না চীংলেম্ন া লৈরম্মী।

নোংমাইথেম কিরননা শৈরেংবা *চমেল্লৈ চমেল্লৈ ঐগী চমেল্লৈ* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসি শকপদা পীখিবা ষ্টেজ পার্ফোমেন্স অদুনা ঈশৈসি

হেক তারুবা পূম্নমক্কী মীৎমাঙদা ফন ফন চোংথোরক্লীবা নবগী অশেংবা মিংদি শমুরাইলাৎপম নবচন্দ্র শর্ম্মা হায়বনি। ভোলকেনো হায়বা মীং অসি ইং ১৯৭৮ দা জী এম হোলদা পাঙথোকখিবা ঈশৈগী কনসর্ট অমদা মতম অদুগী এদিস্নেল সেসন জর্জ খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দনা থোনখিবনি। দশেন্দ্র ওইনামগী ময়েক্তা *চীংদা লাম্মৈ চাকপা নত্তে ঐগী থম্মোয়দা চাকপনি*, রামেশ্বর নিংথৌজাগী ময়েক্তা *চন্দ্রমুখি ঐ হীংলুবগী করি কান্নে*, নব মশামক্না শৈরেংবা *ভীম নঙ শীখিবা য়ারোই*, সোরারেনগী ময়েক্তা *চৎখিনুকো নঙনা ঐবু থাদোক্লক্লগা* নোংথোম্বম ধবলোগী ময়েক্তা *মৈচাক্তা মৈচাক হাপ্লক্লগা*, নন্দলাল রোইগী ময়েক্তা *মতম কুইরবগী তুংদা ঐগী থায়নগী কায়নখ্রবীদো ...* 'অসিনচিংবা ঈশৈ কয়াসিনা মীয়ামদা নীংথিনা শক তাকখ্রবা শৈশকপনি।

হৌজিক হৌজিক থাংমৈবন্দ লৌরুং পুরেল লৈকায়দা লৈরিবা নব ভোলকেনো শামুরাইলাৎপম অপাবী শর্ম্ম অমসুং তখেলশংবম নিঙোল শামুরাইলাৎপম ওংবী মঙ্গি দেবীগী মপারী ওইনা ইং ১৯৫৩গী ফেব্রুৱারী তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎতা তাইবঙ ফাওরকখি। মচিন মনাও তরাগী মনুংদা নবনা মরিশুবনি। চোংথাম নিঙোল পুর্ণিমা দেবীগা পুন্সি খোঙলোয় ওইদুনা মচানুপী অনী, মচানুপা অমগী অপোকপা ওইরি। শৈশকপগী মমা পোকপা মধৌ ঐগ্যা তোনজাউবী চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা নট সংকীর্ত্তনগী শৈশকপনি। নবগী পাবুং হৈঙাংদগী হৌরকপনি, সেকমাইদসু লৈরম্মী। নবসু সেকমাইদা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা সেকমাইদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মথংদা থাংমৈবন্দা লৈরবা মতমদা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা লিংখৎপা থাংমৈবন্দ এডল্ট স্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌরগা ডি এম কলেজদগী আর্টস গ্রেজুয়েট ইং ১৯৭৫ দা পাস তৌখি। ইং ১৯৭৬ তা কলকতাদা রবিন্দ্র ভারতীদা এম এ প্রেভিয়স পাস তৌরগা ঈশৈরোমদা হেন্না খোঙ থাংজিনখিবদগী লোইশিনখিদ্রে।

মশাগী চহী তরেৎ/নিপাল শুরকপা মতমদগী ঈশৈ শকপা হৌরকই। হায়স্কুল তম্লিঙৈ ক্লাস নাইন টেন্দা ঈশৈগী কম্পিটিসন য়াওরকই। রুপ- রাগদা চঙদুনা অসেম বিমলা, অহৈবম বুধচন্দ্র, অরিবম শ্যাম শর্ম্ম, যামিনিকান্তা অমসুং পহারীগী মফমদগী ঈশৈ তম্লকই। থার্ড ইয়র ফাওবা পাস তৌরে।

ডি এম কলেজদা তম্লিঙৈদা এমসুনা শিনবা মণিপুরগী কলেজ পুম্নগী ঈশৈ চাংদম্নবদা নবনা অহানবা মনা ফংখি। মথংদা ঝলুকবারীদা গুৱাহাটি ইউনির্ভসিটিনা শিনবা "ইন্তর কলেজ য়ুথ ফেষ্টিভেল (১৯৭২)" দা ডি এম কলেজগী মীহুৎ ওইনা নবনা মতমগী ঈশৈদা অনীশুবা তাখি। ঈশৈদু পহারীনা সুর পানবা সরত অরাম্বমনা ইবা *কপ্পুরে মীৎসে কুৎপমখৈ*হায়না শৈহৌবনি।

মণিপুরী ভিদিও অমসুং ফিচর ফিল্মগীসু প্লে বেক সিঙ্গরনি। ইং ১৯৭৩দা পুথোকখিবা "ঙকইকো নঙসে" ফিল্মদা প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি। *নীক্লো জগোই শারো হীংলিঙৈদা হরাওহৌরো* হায়না শৈহৌবা ঈশৈসি নবনা শকখি। *লাক্লো চৎসি নোংমত্তসু কোয়মিন্নসি* হায়না শৈহৌবা অরাম্বম যমুনাগা শকমিন্নবা ডুয়েট সোং অসি "ওলাংথাগী ৱাংমদ"সু ফিল্মগী ঈশৈনি। ইং ১৯৭৯দা পুথোকখিবা "উমংগী মী", "থম্বাল", "লাইবক " অসিনচিংবদসু প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি। পনবা য়াবদি উমংগী মীগী *খুত্তনা যন্ত্র নাকন্দা য়োংনাও* নবনা শকখিবা ঈশৈনি। এমকে জীত অমসুং সুর্জকান্তগী ভিদিও ফিল্ম খরদসু প্লে বেক সিঙ্গর ওইখি।

ইং ১৯৮৫দা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী ওডিসন পাস তৌরগা ১৯৮৬তগী রেডিওগী শৈশকপা ওইরক্লি। মহাক্কী ঈশৈগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইখিদবদি রুপ- রাগনা গ্রুপ এ অমসুং বি হায়না খায়দোকখিবদা হান্না ঈশৈ শকমিন্নরম্বা কয়া ঈশৈ শকমিন্নবা ফংদবগী নুংঙাইতবদুনি। ভোলকেনোগী ঈশৈগী পুন্সিদা অচৌবা এচিবমেন্ট অমদি ইং ১৯৯১ দা "নোর্থ ইষ্ট সন" না স্পোন্সর তৌদুনা পুথোকখিবা বোম্বেদা নমখিবা "অলবিদা" হায়না মীংথোনবা হিন্দীগী ঈশৈ কেসেট অসিনি। অতোপ্পা নবগী রেকোর্দিং (গ্রামোফোন) তৌখিবা ঈশৈ খরদি মনি মাইরেম্বমগী ময়েক্তা *ঈপাম লমদম লমনুংশি* (খুন জয়কুমারগা শকমিন্নবা), *নোংমা নঙনা ঐগী নাক্তা ফমখি, মতম কুইরবগী তুংদা* মশামক্তা শৈরেংবা *অর তিতি* (নব ভোলুমগা শকমিন্নবা) অসিনচিংবনি।

ঈশৈদতা নত্তনা থিয়েটরগী লমদসু নবনা খোঙ থাংজিল্লকখি। স্কুল লাইফতা"ৱাকচিংগী গুলাপ" তা শরুক য়ারকই। অরয়ান ঠিয়েটরদা য়াওরকই। অরাম্বম সমরেন্দ্রগী "হীংননবা হীংব" দা রবি কৌবা হেরোগী



শক্তম লাংলকই। পনবা য়াবদি মদুদা নবনা শকখিবা ঈশৈ *লায়রবা লায়রবগীদি চাক থুংদে, লায়রবগী ফি থুংদে* মমিং চৎখিবা ঈশৈনি। ভগ্যাচন্দ্র ড্রামাদা তখেল নিংথৌগী শক্তমসু লাংখি।

নবনা য়াওরিবা লুপ খরদি অম্মিক্কী ইকজিক্যুটিব মেম্বর, রুপ- রাগগী ইকজিক্যুটিব মেম্বর, ডি এম কলেজ (১৯৭০- ৭৪) গী এলুমনাই মেম্বর অমসুং এলুমনাই ফোরমগী ইকজিক্যুটিব অসিনচিংবনি। অসিদসু নত্তনা রিভোলুশন্নরি সোসিয়েলিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া, মণিপুর ব্রাঞ্চকী সেক্রেটরি জেনরেল ওইখি।

ঈশৈগা লোয়ননা কলমসু পায়দুনা মীয়ামগী থবক্তা থৌদাং কয়াসু য়াখ্রে। জুপিটর আর্টিষ্ট ইউনিয়ন্না শান্নখিবা "মীকপ থোকপা" লিলাসি ভোলকেনোনা ইবনি। "হেরোইন নম্বর ফোর" হায়বা স্ক্রীপ্ট অমসু ইদুনা ফ্যুঝন ম্যুজিক ফিচর ওইনা ষ্ট্রিট কোর্নর সো উৎখ্রে। মসিদা শারুংবম দেবলানা হেরোইন নম্বর ফোর শাখি। মণিপুর হেল্থ সার্বিসেসকী মখাদা ঐচআইভি এইডসকী এক্তিভিষ্ট অমা ওইনা নবনা থৌদাং য়াখি। "থাংজিং বোইং ক্রাস" হায়না মীংথোনবা ঈশৈ কেসেট (ওডিও) অমসু মশানা ইদুনা খূদোল তৌখ্রি। *বোইং বোইং মরাইবক থীরবা বোইং* না *ইন্দিরা নঙদি মীগী ওইখরে*হায়বসি কেসেটতুদা য়াওবা ঈশৈনি। ২০০১ দা ডেসাম্বা পুথোকখিবা মীতৈ চনু মীংথোনবা ভিডিও কেসেত্তা য়াওবা *আর্মর্দ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পরার এক্ট ১৯৫৮*হায়বা ঈশৈদু ভোলকেনো মশামক্তা ইরগা মচানুপী নটাশাগা শকমিন্নখিবনি। লৈখিদ্রবা চীংশুবম অকাবনা অমাডাগী এডভাইজর ওইবা মতমদা ইখিবা "ওপিয়ম ব্বার" গী *অমাডা অমাডা* হায়না শৈহৌবা ভিডিও কেসেট অদুগী শৈশকপা ওইনা নবনা ময়াই কাবা চিঙ্গাক্কী মায়োক্তা থৌদাং য়াখ্রে।



ইং ১৯৮৯ আগষ্ট থাদা মণিপুরদা থোকখিবা ঈশিং ঈচাউ অদুদসু থাংমৈবন্দগী নহারোল য়াইফ খোঙজংগা খুৎশম্নরগা নবনা কুঞ্জবিহারি শৰ্মানচিংবা শৈশকপা খরগা লোয়ননা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা লৈবাক নীংবা ঈশৈ অহুম শক্তুনা ঈচাউগী তেংবাঙ নিখি। শেল ওইনা লুপা ২০,৬০০ অদুগা ফিরোল, হীদাক লাংথক, চেং হৱাই, পূন্না পাবদা লুপা ১,৭৫০০০ রোমগী তেংবাঙ ফংখি। শেল খরনা চিফ মিনিষ্টরগী রিলিফ ফন্দা হাপ্লগা লেমহৌরিবা শেল অমসুং পোৎলমশিংদু ঈচাউগী অৱাবা তারবা মফমশিংদা য়েম্থোকখি। নীংশিংবা য়াবা অমনা ইং ১৯৭৪দা থোকখিবা আসামগী ঈশিং ঈচাউদসু ভূপেন হাজারিকা (নবনা হিন্দী অমসুং আসামিজ ঈশৈ প্রাক্তিস তৌখিবা মীওই) গী লুচিং মখাদা ভোলকেনোসু ঈশৈ শক্তুনা ঈশিং ঈচাওগী তেংবাংনবা ফন্দ খোম্বা য়াওখি।

শিদ্রিফাওবদি সংকীৰ্ত্তন্দা,ঈশৈগী লম্বীদা অঙাং শেম্বদা, মীয়ামগী থবক্তা অঙম্বা থৌদাং লৌরগনি হায়রিবা শৈশকপা অসিনা ঈশৈগী লমদা অমদি মীয়ামগীদমক্তা করম করম্না অনৌবা থৌদাং লৌরকপা হায়বদু মীয়াম পূন্না অমুক ঙাইমিন্নরসি। নোংদম্বনসু শৈশকপবু মতম চুপ্পদা থৌজানবীসনু।

॥০॥

# কায়না পিরাং অসিনা ঐগী ইরাল ওইরবা

- শগোলশেম টিজেন্দ্র



মালেম ফম্বাক্তগী তাইবঙ লিলা শান্নরিবা মীওইবনা মশাগা চানবা অমসুং পামজবা লশ্বীদা খোঙদাদুনা পোকপদগী য়াওরক্লবা তোপ তোপ্পা মতীক ময়াই উৎথোকপা ঙম্বা হায়বসিসু মায় পাক্লবা পুন্সিগী শক্তম অমনি। কনা কনাগুম্বনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা মীয়ামগী য়াইফনবা তৌদুনা পুন্সি লেল্লি। কনাগুম্বনা মশানা মশাবু থাগৎচবা, অফাওবা, অখঙবা অমদি লুচিংবা শাজরগা নুংঙাইজে। মশানা পামজবা শিনফমগী ওন্ন- তৈনবদা লমজিংবীদুনা নীংবা কায়বা মীসু লৈতবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা শিনফম কয়াদা খোঙদারিবা মীওইবনা ফজরবা তাইবঙ মালেমগী শক্তম শেম্বদা অচৌবা

থৌদাং লৌরি। খোয়থুম্নরবা খোঞ্জেলনা মীওইবগী থম্মোয়বু শুমহৎলিবা শক্লায়রবা শৈশকপা কয়াগী মনুংদা শৈশকপা শগোলশেম টিজেন্দ্রসু অমনি।

মহাক মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফালদা লৈখিদ্রবা শগোলশেম শত্রজিৎ অমসুং শগোলশেম ওংবী ইবেমপিশক্কী মপারী ওইনা ইং কুমজা ১৯৫৪ এপ্রিল ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎতা তাইবঙ খোঙদারকখি। মচিন মনাও ১০ গী মনুংদা খ্বাইদগী অহলনি। রাম লাল পাল হায়স্কুলদগী ইন্টরমেডিয়েট পাস তৌরবা মতুংদা খৃষ্টিয়ান কলেজ, লক্ষ্ণৌদগী গ্রেজুয়েট পাস তৌখি। হৌজিক হৌজিক সোসিয়েল ৱেলফিয়র দিপার্টমেন্টদা ইউ. ডি. সি. ওইনা থবক তৌরি। মচানুপা অহুম, মচানুপী ২গী অপোকপা ওইনা লৈশাংথেম নিঙোল শগোলশেম ওংবী সুনিতিবালাগা লৈমিন্নরি।

ভাটখান্দে কলেজ ওফ হিন্দুস্থানি ম্যুজিক লক্ষ্ণৌদগী ঈশৈগী পুন্সি হৌরকখিবা শৈশকপা অসি মপুং ওইনা লাইট ম্যুজিক্তা খোংদারকই, বিশারদনি। ইং কুমজা ১৯৭৬ তগী ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপা ওইনা ঈশৈগী খুদোল কয়া তৌরক্লি। শঙলাকপম অচৌ শর্ম্মাগী ময়েক্তা *কায়না পিরাং অসিনা ঐগী ইরাল ওইরবা,* কোলোম টেজেশ্বরগী ময়েক্তা *ওইহল্লু ঐবু পুন্সিগী লমলানবা,* ফুরাইলাৎপম ইবোয়াইমনা শৈরেংবা *নঙগী মরমগীনি ঐনা লেপ্লিবা পুন্সি* মখোনর্মনি মোংশাবনা শৈরেংবা *নৌরিবী লৈরাং লৈনাদা* অমদি *ইশিন্দুনা থল্লগে নঙগী নমিংসে কাউদনবা থম্মোয় লায়ুমদা* বিশ্বনাথনা শৈরেংবা *ঐনা করিগুম্বা চিত্রকার ওইরম্লবা* অসির্নাচংবা ঈশৈ কয়াসিনা মীয়ামগী থম্মোয় হুখ্রবা শৈশকপনি টিজেন্দ্র।

মণিপুরী ফিচর ফিল্ম কয়াদসু প্লে বেক সিঙ্গর, ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং এসিষ্টেন্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা থৌদাং য়াখ্রবা, ফিদা ফংখ্রবা শক্লায়বা অমনি। থরা লৌখৎলবদা "লাংলেন থাদোই" (১৯৮৪) দা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা ৱার্ক তৌখি। ব্রাইট ফিল্মগী "ইরাল ওইরগে" (১৯৯৭) "অরোইবা নত্তে" (১৯৯৯), "থবাম্মিচাক্লা কেনখ্রবদা", শ্রীশ্রী গোবিন্দজি ফিল্মগী "লৈই অমা" (২০০১), আর জে ফিল্মগী "দেবদাস" শঙ্কর ফিল্মগী "ফাইরেল থাগী অঙাওবা লৈচিল" অমসুং "খুদোল" ফিল্মদসু ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা মায় পাক্লা ৱার্ক তৌখি। "লৈই অমা" ফিল্মগী উডিট নরায়ন্না শকখিবা *চোইজাইনরবী শল্লাংলক্তগী,* "দেবদাস" ফিল্মদা সুনিতা নেপ্রম্না শকখিবা *নঙগী নুংশি থোংজিন্দা* টিজেন্দ্রনা দাইরেক্সন তৌখিবা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখিবা ঈশৈনি। এসিষ্টেন্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং প্লে বেক

সিঙ্গব ওইনা টিজেন্দ্রনা "মৈচাক" ফিল্মদা বক্ক শর্ম্মাগী ময়েক্তা শকখিবা *ঐদি ইববোই পুন্সিগী ৱাবী* মহাকপু থোইদোক হেন্দে দাক্লা শক্তাকখিবা ঈশৈনি। "মাধবী" ফিল্মদা মশামক অমসুং উডিট নবায়নগী খোঞ্জেলদা *কবি খল্লি নিঙোল পুক্লিং* মীয়ামগী থম্মোয শুমহৎখি। মোইবাংথেম ইনাওগী চৎলেদো ঐদি হায়বা ফিল্ম অসিদা ম্যুজিক দাইরেক্টর অমসুং প্লে ব্লেক সিঙ্গর ওইদুনা মণিপুরী ফিল্মদা অচৌবা ফিদা অমা ফংখ্রবনি। ফিল্ম অসিদা মশাগী খোঞ্জেলদা শকখিবা *ঐগী নুংশিবনা নহাক্কী* অমসুং অলকা য়াগনিগী খোঞ্জেলদা *মালংবা নঙসে ঙাওইদা* ঈশৈশিং অসি যাম্না পোপুলার ওইখিবা ঈশৈশিংনি। ওঁ সিব পিকচরগী "বোম ব্লাষ্ট" (২০১০) ফিল্মদসু টিজেন্দ্রগী অনৌবা মশক খবা মীযাম্না উবা ফংনখ্রে।



এ. বি. সাউন্দ অফ্রেরী, মুম্বাইদা উডিৎ নবায়ন অমসুং মাথোনমনিগী লোয়নন "চৎলেদো ঐদি" ফিল্মদা ম্যুজিক দাইরেক্টর ওইনা টিজেন্দ্র।

শগোলশেম টিজেন্দ্রগী তোপ তোপ্পা থৌদাং অমনা হান্নদগী "বোজি ক্লব" হাযনা মিংথোনবা ঈশৈগী ওর্গনাইজেসন লিংখত্তুনা মহৈবোই কয়া তাকপী তম্বীবগী থৌদাং লৌবকখি। হৌজিক্লা "বোজি ম্যুজিকেল ইন্সটিট্যুট (আর এম আই)" হাযনা মমিং ওন্থোক্তুনা ঈশৈগী লুপ অমগী ফাউণ্ডর প্রিন্সিপাল ওইনা মহৈবোয কয়া ঈশৈ তম্বীদুনা লাক্লি। টিজেন্দ্রগী আর এম আইগী মহৈবোইশিংগীতা ওইবা "লৈকংলা" মিংথোনবা ওডিও ঈশৈ কেসেট অমা ইং কুমজা ২০০৯ ডিসেম্বর ১দা ফোঙদোকখ্রে। আর এম আইগী ওইবা ঈশৈগী খূদোল চহী খূদিংগী মীযামদা তমদুনা লাক্লি। ইং কুমজা ২০১১ জানুৱারী ১৯দসু ভৈগ্যচন্দ্র ওপন এযর থিয়েটরদা ইন্সটিট্যুট অসিগী ছাত্র- ছাত্রিশিংগী ওইবা ঈশৈগী খুদোল মায পাক্লা মীযামদা তমখ্রে। চহী খুদিংগী হেন্না মায পাক্লা পাংথোক্লবা পান্দমসু থল্লি।

শক্লাযববা শৈশকপা অমসুং ম্যুজিক দাইরেক্টর টিজেন্দ্রগী ঈশৈগী খুদোলদা এৱার্ড কয়া পিদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। মপুং ওইবা খবা পল্লবদা ঃ- এম এফ ডি সিনা পিবা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্তর এৱার্ড ২০০৩ (ফিল্ম চৎলেদো

ঐদি), এম এফ ডি সিনা পিবা বেষ্ট প্লে বেক সিঙ্গর এৱার্ড ২০০৬ (ফিল্ম "মৈচাক" *ঐদি ইররোই পুন্সিগী ৱারী* ), এম এফ ডি সিনা পিবা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর এৱার্ড ২০০৯ (ফিল্ম "ফাইরেল থাগী অঙাওবা লৈচিল") অসিনচিংবা।



অসিদসু নত্তনা মোইরাংথেম ইনাওগী "য়েন্নীং অমসুং লিক্লা" হায়বা ফিল্ম অদুদসু ইন্দিয়ান পেনোরমা সেলেক্সন ফংদুনা ৩৮ শুবা ইন্টরনেশনেল ফিল্ম ফেষ্টিভেল ওফ ইন্দিযা ২০০৭ দা বেষ্ট ম্যুজিক দাইরেক্টর মনাসু ফংখ্রে।

শক্লায়রবা শৈশকপা টিজেন্দ্রগী ঈশৈগী খূদোল মযামবু ঙসিসু মণিপুরগী মীয়াম্না কাউবা ঙম্নদ্রি। মহাক্কী ঈংলবা খোঞ্জেলনা ইবমদমসিদা অনৌবা মঙাল পীরকপা ওইসনু। ৱাখল্লোন অসিবু মপুং ফাহনবা হায়বদুদি শৈশকপগী মখা তাবা ঈশৈগী খূদোলনা লেপ্পল্লকসনু।

।।০।।



লাইরিকসিনা নীংশিংবগী
নুংঙাইবদা হেন্না পাঙ্গল
হাপলগনি।
কাউবা য়াররোইদবা
খোঙ্গুলশিংগী
মমিতনা পিক থন্না য়াওরবা
লাইরিকনি।
লমদমসিগী মতম ঈশৈগী লম্বী
অমা থিরকপদা
কানথোক্কুনা থমলম্বা
য়াররোইদবা লাইরিক অমনি।
লাইরিকসিগী
থরায় ওইরিবদি থনুংদা থম্লিবা
মতম ঈশৈগী পুৱারী অসিনি।।
মতম পুম্নমক্তা হিংদুনতা
লৈরগদবা ঈশৈশিংগী মপূ
ওইরিবা শৈশকপা,
শৈশকপীশিংগী মরমদা থরদং
ওইরবসু খঙনরবা হোংনবদা
চাউনা মতেং পাংলগদবা
লাইরিক্নি।।

ওসি মৈরা
চিফ ইডিটর, ইপাক



# অইবীগী মরমদা খরদং

ইবগী লম্বীদা থাজবা অমগা লোয়ননা চংশিল্লক্লিবী
আরকে সনাহনবী (লীকখোম্বী) চনু
১।২।১৯৬২ দা লুৱাংশংবম মখা লৈকায়দা পোকখি।
অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা আরকে চীংলেনসনা, অপোকপীগী মিংনা মংশাতাবম
নিঙোল নিংথেমচাময়ুম ওংবী পিশক শিজ কৌই।
সাইন্স গ্রেজুয়েটনি।
মীতৈ ময়েক্কী ইন্সট্রক্তর কম লীডরশিপ ট্রেনিংকোর্সসু পাস তৌখ্রে।
হৌজিক গভর্নমেন্ট এডেড হায়স্কুল অমদা সাইন্স গ্রেজুয়েট টিচর ওইরি।
ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেল লুপ (ইমাখোল) অৱাং পোৎশংবম, লৈমরোল
খোর্জেকোল (লৈকোল), ইম্ফাল,
পেট্রিওটিক রাইর্টস ফোরম,
ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইরি। ইপাক ফিল্ম প্রডক্সনগী মেম্বরনি।
থাগী চেফোঙ 'ইপাক' কী সব ইডিটর, ইমাখোলগী ট্রেজরর, পেট্রিওটিক রাইটস
ফোরমগী এসিস্টেন্ট জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা থৌপুরি।
"লাংওন লাংতাই" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা বেঙ্গলী অমসুং মীতৈ ময়েক অনীমক্তা
১৯৯২ গী ওক্তোবর ১১দা পব্লিসর ওইনা পুথোকখ্রে।
মশানা শৈবেংবা লৈবাক্লিংবা
অমসুং
মণিপুরী মতম ঈশৈ ৭কী ওডিত্ত সিডি কেসেট অমা তোঙান তোঙানবা শৈশকপা,
শৈশকপীশিংগী খোঞ্জেলদা ২০০৯ সেপ্তেম্বর ৯দা পুথোকখ্রে।
"ফী' ' ন হোংলসি ইমা" হায়না মীংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ২০১০ জানুৱারী
১ ফোঙখ্রে। "শৈহেক্কী হিন্দেন্দা" (ঈশৈ শৈরেং), "ঈশৈগী তাইবঙদা"
(অতেনবা পুন্সি ৱারী) না মহাক্কী অনীসুবা অমসুং অহুম শুবা খুদোলনি।।

ISBN : 978-81-921814-2-4

পেট্রিওটিক রাইর্টস ফোরম